# ৱাহৌদোক

হৌজিক ঐখোয়না ফংলিবা সাহিত্যগী লনগৈ অসি হৌখিবা মতমদা ইপা-ইপুশিংনা থম্বিরম্বা লনগৈনি। ঙসি ঐখোয়না শেমশারিবা সাহিত্যগী লনগৈ অসি হয়েংগী ইচা-ইশুশিংগীনি। খুৎথাংনি। মথং মথং শিন্নবদা লিকলবদি তুংদা লাক্কদবা নহারোল লায়রগনি। নহারোলশিংগী লমজিংবা ঙম্বা সাহিত্য লৈহৌরোই। সাহিত্য অসি মীওয়বগী কোক্কী চিঞ্জাকনি। অফবা চিঞ্জাক চাদ্রবদি মীওইবা মশা মউ ফরোই। জ্ঞান-লৈবা, বুদ্ধি লৌশিং থোকপা ওয়রোয়। অদুনা অফবা সাহিত্য লৈতবা জাতি অদু বুদ্ধি লৌশিং থোকলোই। ৱাখল অসি মাংদা থমজরগা, তুংগী য়ুম্বীরেন ওয়গদৌরিবা নহারোলগীদমক্তা লাম্থোকচরে ঐগী শৈরেং অখোম্বা লাইরিক "**মায়োক-ৱা**"।

মনিপুরি সাহিত্য অসিনা য়াম্না চাউখৎপা ৱাৎত-পাদবা ওইরবদি মনিপুরী ঐখোয়গী সন্মান, ইজ্জৎ ৱাৎলমলোয়দবনি। হৌজিক ঐখোয়না সন্মান, ইজ্জৎ খর ফংলিবা অসি ঐখোয়গী লাই-গুরুশিং, ইপা-ইপুশিংনা থম্বিরমবা সংস্কৃতি অমসুং সাহিত্যগী মতেংননি। মীরৈবাক্কী নাগরিকশিংনা মনিপুর সাহিত্য উরগা মনিপুরী ঐখোয়গী মমল লেপ্পরি। পিকচরবসু লাইরজরবসু মনিপুরী সাহিত্যদা "*খম্বা-থোইবী*' গুম্বা মহাকাব্য লৈরম্বা অসি ঐখোয়গী লাইবক ফবনি। লাইরিক অসি হেক উবদা মনিপুরী ঐখোয়গী সন্মান হেনগৎলি। অসিগুম্লবা লাইরিক অসি পুথোকপা ঙমজদ্রবসু ঐনা ঙমজবা "**মায়োক-ৱা**' অসি পুথোকচরে।

মনিপুরী সমাজ অসি খংওন খংওন ওনবা সমাজ ওইরে। সাহিত্যসু সমাজগা চৎমিন্নবনিনা মনিপুরী সাহিত্যসু য়াম্না য়াংনা চেল্লকলে। আধুনিক সমাজ অসি চৎনবীগী ঈচেলদা তাউথরকলে। অদুবু মনিপুরী সমাজদা নুংগুম ৱাশক চেৎপা কবি কয়া, মাইচৌ কয়া লৈবনা তাউথখিগদৌবদগী কন্দুনা থম্বা ঙমলি। য়ুমলোন্নবা সাহিত্যগী ঈচেলদি পাক চাউই, অচৌ অচৌবা ৱাখলগী জহ' হোনবা য়াই, মনিপুরী সাহিত্যগী ঈচেলদি চীংজাউদগী চেম্থরকপা ঈচেলগুম থিংবা ঙমদবা ঈচেলগুম থুনা য়াংনা চেম্থরে। খংহৌদে, খংহোং (

ছায়াবাদ, সাম্যবাদ, সমাজবাদনচীংবা বাদ ময়াম মনিপুর সাহিত্যদগী নাথৈদুনা চৎখ্রে। হৌজিক হৌজিক রোমান্টিসিজমদা ইরোয়নরি; লোয়ননা বিদ্রোহ বাদকী সাহিত্যনা মপুং ওইবগুম তৌরি।

অঙকপনি সাহিত্যগী ঈচেল, প্রকৃতি খোংচৎ, মুৎপ নায়দে, অনিংবা কয়া লৈরবসু, য়েখায়-থিনগাইবা কয়া লৈরবসু চেন্থরি সাহিত্যগী ঈচেল। মরক মরক্তা সাহিত্যগী ঈচেল লেপখত্রবা হায়নসু চিংনবা লাকই, মরক মরক্তা ঈচেলগী অথিংবা অসি ঈরম ফাৎতুনা নিংথিনা চেলহনবা মথৌ তায়। ইথৌ পাংথোকচবা ওইনা লাম্থোকচরে ঐগী শৈরেং অখোম্বা "**মায়োক-বা**"।

**কে. য়াইমা শর্ম্মা**

*তাং ১৫/১২/১৯৯৯*

## মায়োক-ৱা

শৈরেং লমায়

(১)

# ঙাকপিয়ু

ঙাকপিয়ু! হে যমরাজ!
কোয়চৎ চৎপা সমরাজ!
হে! এ. কে খুৎলাই পায়বা!
তুজুংই নোংমৈ চিন্দোনদো।

কৈদৌঙৈ মুক্তি পিবিগনি?
শোন্নরি কোলোয় লিশিংনা।
তাজরি নগুন, লিশিংনা।
থক থক নিক্করি লিশিংনা।

কিন্নরি নোংমৈ চিন্দোন অদো।
ঐঙোন্দা ওনশিনবিগনুকো।
তাজরি নাকোং লিশিংনা।
রাজা পৃথুনা তাবগুম।

নখোয়দি শিদোকপা ঙমই।
হয়িংনা শঙ্গোমদা তাবগুম।
ককচেংনা খোহিদা তাবগুম।
লিলনা উতিন উম্বগুম।

হে! যমরাজ কুইনা তুম্বিয়ু।
কুমভ করণ না তুম্বগুম।
ওয়বিয়ু নিংথৌ রাবনগুম।
ঙাইবিয়ু রাম লাকপা।

হে নোংমৈ পায়বা যমরাজ!
লৈবিয়ু চাবিয়ু রাহুগুম।
উমবিগনু মণিপুরবু থাগুম।
ঙায়বিয়ু সুদর্শন চক্র শ্রীকৃষ্ণগী।

হে নোংমৈ পায়বা যমরাজ!
লম মৎপিয়ু দুর্যোধনগুম।
লৈঙাকপিয়ু দুশাসনগুম।
ঙায়বিয়ু পাণ্ডব মঙা লাকপা।

হে নোংমৈ পায়বা যমরাজ!
হিংবিয়ু যহস্র বাহু হিংচাবগুম।
ওৎপিয়ু সমাজ ঙস্বমখৈ।
হিংবিয়ু পরশুরাম লাকত্রিফাউ।

হে নোংমৈ পায়বা যমরাজ!
থিবিরককনু নমিৎ লিশিংনা।
লৈজদে কার মারুতি য়ামাহ।
শাজদ্রি অচৌবা য়ুম কৈ।

হে নোংমৈ পায়বা যমরাজ!
লৈবিয়ু লৈনুংদা মহিরাবনগুম।
ঙাইবিখো মতম খর নুংঙাইনা।
থাজরক্কে হনুমান মতম চানা।

(২)

# মুগা তিল

মহুম হায়রি মুগা তিল।
মশাবু য়েংশিন য়েংশিন্দুনা।
লৈখ্রে চংথোক্লে মপান্দা।
সাহেবনা ময়ুমদা লৈবগুম।

শিরে ফজবা লং-লৌবদা।
শিরে ফুত্তুনা মহুমনুংদা।
লৌরে মুগা লং ফিশানবা।
শায়েন ঙায়েন্নখ্রে অতুংবা লল

মহুম হায়রি ফজরবা মহুম।
শারি অচৌবা অকনবা য়ুম।
খারে অকোয়বদা চেক্কী পল্লি।
থোকঙমদ্রে কিদুনা মহুমদগী।

উবা য়াদ্রে নহা অমত্তা।
ওয়রবোয় নিংলে শেনখায়বা।
লোৎলে থেঙ্গুগুম মমায়।
য়েংই তুমিন তুমিন মপান্দা।

পৈরে মমল য়াম্লবা নুং।
পৈরে খুদোন পোৎ মখৈ।
তিন্নদ্রে কৈরোয় লৈকায়।
চংনদ্রে শাগৈ নাতৈ অমত্তা।

খল্লি শিরগা স্বর্গদা পুরগে।
শিরে সনা লুপা মঙকশমদা।
লৈতেংলুরগে স্বর্গ লোকতসু,
উৎলুগে পৃথ্বীগী অফবা পোৎ।

(৩)

# শিরমগনিদা

পংখ্রেদা বিশ্বকর্ম অসি।
অপিকপা মরিদা পানশিল্লি।
অচৌবা মাইরেন খোংদ্রুম।
পুবা হেক ঙমদবমখৈ।

পংখ্রেদা বিশ্বকর্ম অসি।
অচৌবা খোংনাং পাম্বীদা।
অপিকপা মহৈ পানশিল্লি।
নাতৈ ইচা চাদেদা মসি।

কোকথক্তা পোপ তারকই।
খোংনাং মহৈ অপিকপা।
শিরমগনিদা অচৌ অচৌবা,
মাইরেন খোংদ্রুম ওইরমলবদি।

(৪)

# হাউরনিদা

ঙায়রি হৈবু মুনবা মীনা
হাউরনি কেল্লকলবদি
কোয়য়েং য়েংলী চাগদবগী
নিকলি অঙাং ময়াম।

মুক্লে কেল্লনি মী
পোকহৌরে কোক্তা
মকোয় মরাং ঙৌরে
পিশুম ফাউবা ঙৌরে!

মৈনা ঈশিংনা ঙায়রি
চাগদবগী মী অমুনবা
লৈজখিসনু অশং অশংবা
নোংমদি শোয়দনা মুনগনি।

ঙাইঙমদবা তৌগনু
পোকলবদি শিগদবনি
শিরবদি পোক্কদবনি
পৈগনি থব্রায় ময়াম।

হব্রায় মঙ্গল অমনা
থোকই লিশিং লিশিং
চাখিবদু মুক্তি ফংলবনি
লেমহৌবদুনা অমুক থাগনি।

## মায়োক-ব্রা

শিখ্রে হব্রায় মঙ্গল
মুৎপা নায়দে মঙ্গলগুম
খর থমহৌই মরু অরিবা
হুল্লে হৌরে মরুশিংদু।

মী মরুসু হেনগৎলকনি
শির শির হেনগৎলকই
শিবগুম পয়া ময়াম
শিরি খুদিং য়ামলকই।

ব্রাৎপা লৈতে মরু
মশিং থিরে থিঙমদে
হঙ্গাম মরুগুম মী
হেনগৎলকলি অসুম অসুম।

(৫)

# শিবা

কনা অমনা শিরি,
ডাক্তরগী গুলি চাদুনা।
কনা অমনা শিরি,
নহারোলগী গুলি চাদুনা।

কনা অমনা শিরি,
সিপাহীগী গুলি চাদুনা।
কনা অমনা শিরি,
মধু পান থক্তুনা।

কনা অমনা শিরি,
পৈশা অরেম্বা চাদুনা।
কনা অমনা নাদুনা শিরি,
মৈখুগী খুদোং ফান্দুনা।

কনা অমনা শিরি,
নম্বর ফোর চাদুনা।
কনা অমনা শিরি,
মায়াগী লাংদা থুদুনা।

থিনরি লম্বী শিনবগী
ককচেংনা খোহিদা শিবগুম
হয়িংনা সঙ্গোমদা শিবগুম
কাংনা মিরাংদা শিবগুম।

কনা অমনা শিরি।
নুংশিবা নুংশিদবা য়েংবদা।
চানব্র চানদব্রা য়েংবদা।
ঐইড্‌স  পকপনা হান্দুনা।

(৬)

# নুংশিজৈ

নুংশিজৈ নংতবু ঐনা,
থরোনা থাজ নুংশিবগুম।
নুংশিজৈ লাপ্পবসু লাপ্পা,
নুংশিজৈ নক্কবসু নক্কা।

নুংশিজৈ নংতবু ঐনা,
থম্বালনা নুমিৎ নুংশিবগুম।
খাংজগে মৈশা নুংশিবগী,
থম্বালনা মৈশা খাংবগুম।

য়েংজগে নংতবু ঐনা,
নুংমিৎলৈনা নুমিৎ য়েংজবগুম।
য়েংজগে নংতবু ঐনা,
নোংইলনা থাজ য়েংজবগুম।
কৌজরি নংতবু ঐনা,
নোংগৌবীনা নোং কৌবগুম।

থকচগে নংগী অমৃত,

নোংগৌবীনা নোং থকপগুম।

(৭)

# দানগী মহৈ

দান পিরিমখৈ হেনগৎলকই।
দান পিরি হৈনৌপাম্বীনা।
হৌরকই মরু অদু অমুক।
মুৎপা নায়দে হেনগৎলকই।

দান পিরি অঙম অঙম্বা।
পিরিমখৈ হেনগলকই।
মাংবা নায়দে পিরিমখৈ।
পিরি কন্যা দান মীনা।

য়েম্ষোকলি মখৈ হেনগৎলি।
য়েম্ষোকলি সমুদ্রনা ঈশিং।
ফংজৈ পৃথীবি পুম্বা ঈশিং।
ময়েং তাবা লৈতে ঈশিং।

য়োকই ঈশিংনা পৃথীবিগী
অচৎ চৎত জীব পুম্বা।
হিংজৈ অচৎ-চৎত জীব।
হনখি ঈশিং সমুদ্রদা।

সমুদ্রগী ঈশিং অয়াকপা
অমৃত ওল্লি পৃথীবিদা
ফত্তহাউদি শেংদোকপা
মথৌমকনি খন্দুনা

শেংদোকলিমখৈ তরু তরুই
শেংদোক ঙম্বা মহাক
অদু দানগী মহৈ ওয়নরি
মুৎপা নায়দে মৈগুম।

(৮)

# উপায় লেতরে

য়েংবিয়ু ডাক্তর করি
য়েংলে ডাক্তরনা মিহুন থাউন।
ফংলে মিহুন ওক্কী য়েনগী।
ফংলে মিহুন ষনগী হুইগী।

লৌরে ঈ, ফংলে ওক্কী য়েনগী ঈ।
লৌরে ঈ, ফংলে ষনগী হুইগী ঈ।
ব্রাম্বুখ্রে পংথখ্রে লৌবদা ঈ।
পুমতিন তিনখ্রে লায়না পুম্বা।

এইডসকী লায়না ওয়রমাল্লে।
নম্বর ফোরগী ওয়রমাল্লে।
পুখ্রো অনাবসি মুম্বাইদা।
ওয়রম্বা য়াই তমথিরবা কেন্সর।

য়েংলে এক্সরে নুঙ লৈব্রা।
য়েংলে কমপুটর পৈশা চংনা।
য়েংলে অমাং অশোয়গী চাংয়েং।
য়েংলে ঈশিং মাইশিংগী চাংয়েং।

হায়রে নুংগী লাইনা ওয়রমাল্লে।
হায়রে কিদনীসু ফেল ওয়রে।
হায়রে ওপরেসন তৌব তারে।
হায়রে শেলথুম থৌরাং তৌরো।

শেল ফংবা তান্নরি ওপরেসনদা।
হাৎপগী সার্টিফিকেৎ পাইবশিংনা।
লেনথংলে লেলহৈদবা পুম্বা।
হায়রে, ঐখোয়গী উপায় লৈতরে।

(৯)

## লৈনম

পুরকলি লৈনম
নশক উত্রবসু
পুরকলি নুংশিৎনা
পন লান্দুনা
পুরকলি পাউজেল
পন লান্দুনা
খংলি পাউজেল
নং লৈবগী
ফংলি পুক্নিংদা
নংগী লৈনম
কোয়থি থিরি
নংগী লৈফম
খংই লৈ হায়বা
উবদি ফংদে
উবা ফংদে মৈ
মুৎখ্রবদা
উবা ফংই মৈ
হৌগৎলগা
লৈতে হায়
খংদবনা
লৈ হায়দো
অখংবনা
উদেদো ককচেংনা
মী লৈবা
খৎনরি অমগা অমগা
লৈ লৈতে হায়না ।

## (১০)

# "লমচৎ"

মীওইবগী লমচৎ শাজৎ তিন্নদে।
মীওইবগী চাকচা য়ুথক তিন্নদে।
তেনৱাগী চিঞ্জাক উহৈ-ৱাহৈনি।
ক্বাককী চিঞ্জাক শা-ঙানি।

য়োকচৈ ঐনা ক্বাক নুংশিনা।
য়াদে চাউ হায়বা উহৈ ৱাহৈ,
ফনা লাকনজৈ নাম শোন্নবা
হেনদে ক্বাক ক্বাক হায়বদগী।

য়োকচৈ ঐনা তেনৱা পোন্দা।
য়াদে চাউ হায়বা শা-ঙা।
শোল্লি নাম ঐনা শোনবগুম।
অদুবু পোন্নিংদে মীখাদি।

চৎলি মাগী মাগী লমচৎ।
হোংউ য়াদে মশাগী হৈনবী
চৎলি সাধুনা সাধুগী লমচৎ।
চৎলি ডাকুনা ডাকুগী লমচৎ।

খোংই থমোয়দা য়েন্নাও খোংবগুম।
কাউনৈ মখোংনা য়েন্নাও কাউনবগুম।
খোংই থমোয়দা হামেংনা খোংবগুম।
চাই ফংবমখৈ হামেংনা চাবগুম।

(১১)

# "ইমাগী গর্ভদা"

ঐ লৈ, ইমাগী গর্ভদা
উদে করিসু তুমবগুম
চারি থকলি নুংঙাই
নুংঙাই ঈশিংদা তাবগুম।

ঐ লৈ ইমাগী গর্ভদা
খনদে উদে করিসু
তাবদি তাই উদি উদে
খংদে অরা অনা করিনো।

করি করিনো ঙাংনরি
রাখল খংদে করিনো
ফাউই করিগুম্বা খর
নুংঙাই মং মংবগুম।

লৈতে য়েকন তিংখং
ফংই নুংঙাইবগী নুংঙাইবা
লৈ অশিবগুম নুংঙাইনা
তুমই ইমানা তুম্বগা।

## (১২)

# "লামবা"

হে নুংশিরবা লালহৌবশা!
ওনশিনবীরক্কনু নোংমৈ চিনদোন।
মিহুন তিং-তিং লাউই কিবনা।
থিবিয়ু লামবা চাবা নখোয়গী।

হে নুংশিরবা লালহৌবশা!
লাপ্না লৈবিয়ু নকশিনবিরক্কনু।
লৈজদে শেল-থুম কৎচনবা।
লৈজদে হৈকৎ-লৈকৎ তৌজনবা।

হে নুংশিরবা লালহৌবশা!
ওৎ নৈবিগনু মরাল লৈজদববু।
পাঙ্গল উৎপিগনু নখোয়গী, অশোনবদা।
লাম্বা তৌবিয়ু লেংমান্নবগা।

হে নুংশিরবা লালহৌবশা!
বন্দ তৌবিগনু খন্থদনা হেক্তা
চরা হেল্লি লাইরবা অতোনবা
মতোন ওইখি ব্রাৎত পাদবশিংগী।

হে নুংশিরবা লালহৌবশা!
মান্নহনবিয়ু লাইর ইনাকখুনবা।
ঙমদ্রে মুৎথৎপা লায়রবা অনংবা।
চোংখৎলকই নাপী চোংবগুম।

(১৩)

# "হে নহারোল পাঙ্গনবা!"

তু খ্যাউ চুংই পনবদা!
হল্লকলে ৱাই, ৱাই হল্লক্তে।
হল্লকই লৌদা লেন তাবগুম।
য়ৌরকই পোইনুদ নোং তাবগুম।

তু খ্যাউ চুংই পনবদা!
মৈ ঈশিং-নুংশিৎ কুম।
হে নহারোল গুণ লৈবা।
মতাং চানা হঞ্জিল্লকউ।

হে নহারোল পাঙ্গনবা!
শিন্নরগে নখুত্তা সম্পতি।
মাংহনগনু নপা-নপুগী সম্পতি।
তৌনিংবতা তৌগনু খল্লুকো।

হে নহারোল পাঙ্গনবা!
শিন্নরগে নখুত্তা সমপত্তি।
উচী কল্লক য়ুম মৈ থাগনুকো!
খুরক্কি ঈনা লাই শাগনু।

লৌগনু ফত্ত-লৌশিং অরেম্বা!
লৌশিল্লু ফিলটর তৌরগা।
ঙম্বা ওইয়ু খায়দোক খায়জিন।
শঙ্গোমদগী ঈশিং খায়দোকপগুম।

হে নহারোল লৌশিংবা!
খংউ নুংশিবা মশক
শাৎমিন্নবনি লৈগা তিংখংগা
মতেংনি অমনা অমগী।

## (১৪)

## "থা-লাম্বা"

হায়নিং শকনিংবদি কয়ানি।
ৱাঙাং শঙাংদি হৈজদে।
আশানা চিংলি কোয়চিং।
পম্থুংফমসু খংদে মফম।

বুদ্ধিনদি নেম আশানদি ৱাং।
পুক্লিংবু আশানা কোয়পু পুরে।
ৱাখলগী ঈথক হৌরকই তত্তনা।
সমুদ্রগী ঈথক হৌবগুম তত্তনা।

লৈবদি লৈবা উবদি ঙমদবা।
নুংশিৎ উবা ঙমদবগুম উদে।
মৈ উবা ফংদবগুম ফংদে।
লৈতবরা মুৎখ্রগা মৈ অদো।

ঈশিং মরিকনা সমুদ্র থিবগুম।
থুমনা সমুদ্রগী অরুবা ওনবগুম।
থিরি কোয়থি কোয়চৎ চৎতুনা।
ঙাউরি ফংলবসু ফংদবগুম।

হোৎনরি লৌনবা লোয়নমক।
খুজায় অমদা সমুদ্রগী ঈশিং।
হোৎনরি পুগদবগী অরৈমখে।
ককচেংনা খোয়হি পুনিংবগুম।

ওয়নিংই লোয়না অচৌ অশাং।
ওয়নিংই লোয়না অহৈ-অশিং।
হৈতেদো থবক অহৈ-অশিংগুম।
ওয়রেদো থিকনেম্বনা থা-লাম্বা।

## (১৫)

# "ব্রা তাগনি কনানা কনাগী"?

ব্রা তাগনি কনানা কনাগী?
ক্বাকনা 'তানিংদে কোকিলগী,
ক্বাকনা 'চানিংদে কোকিলগী,
মান্নরবসু কুচু কুমেন অনিগী।

ব্রা তাগনি কনানা কনাগী?
উরোকনা 'তানিংদে কাঙঙগী,
উরোকনা 'চানিংদে কাঙঙগী,
মান্নরবসু শকচু অনিগী।

ব্রা তাগনি কনানা কনাগী?
নোংগৌবীনা 'তানিংদে হঙোয়গী,
নোংগৌবীনা 'চানিংদে হঙোয়'গী,
মান্নরবসু অপাম্বা মখোয়'নিগী।

ৱা তাগনি কনানা কনাগী?
মচানা, তানিংদে মমা-মপাগী,
মচানা, চানিংদে মমা-মপাগী,
মান্নরবসু য়েক-সলাই মখোয়গী।

ৱা তাগনি কনানা কনাগী?
অমনা লমহুইগী ৱাখন খল্লি।
কনামনা হুইগী ৱাখল খল্লি।
কনামনা কৈগী ৱাখল খল্লি।

ৱা তাগনি কনানা কনাগী?
মনা পংখ্রে তাদরে কনাগীসু।
তাই শেল থুমগী ৱাঙাংদমক
শেরান্নরে শেন শেন্নবদা।

(১৬)

# মিরাং থাকলি

মিরাং থাকলি কনানা,
চেনবা ঙমদে নাম্থোক্তুনা,
মিরাং থদত্তুনা কনাসু,
থুরে হয়িং কাঙগুম্না —।

উবা ঙমদে কনা'তনা,
হয়িংনা মিরাং উদবগুম,
চেনবা ঙমদে কনাসু,
কাঙনা মিরাং থৎঙমদবগুম —।

ঈ চুপলি মিনা জীবগী,
থাব কৌবা লৈতেদো,
অমুক্তং থুম্ব্রবদা চেনঙমদে,
থুরে নহারোল চেনঙমদবগুম্না —।

(১৭)

# তিঙ্খাংনা তিঙ্খাং হন্দোকউ

তিঙ্খাং য়ুরে, তিঙ্খাং য়ুরে।
দেশকী খুয়াদা তিঙ্খাং য়ুরে।
করিনা হন্দোকনি তিঙ্খাং?
তিঙ্খাংনা তিঙ্খাং হন্দোকউ।

চীংদা চৎলে তিঙ্খাং য়ুরে।
তমদা চৎলে তিঙ্খাং য়ুরে।
লোয়ব্ব্য খম্বা নায়দে তিঙ্খাং।
কনান' থারিবনো খণ্ডদে তিঙ্খাং।

কনানা কনবিগনি ফজ-ফজবসি।
লৈত্রবদি তিঙ্খাং ময়াম অসি।
চীং মান্দা হৌরি শাৎলি হৈ-লৈ।
হৌরি মমল য়াম্লবা হৈপাল-লৈপাল।

অদুবু হৈপাল-লৈপাল মাংখ্রবা।
উখিদ্রে হৈ-লৈ, উরে তিঙ্খাংতবু।
ব্বারুন্নু লাকখিনী তিঙ্খাং য়ানবা।
লাকলগনি তিঙ্খাং য়ানবা কয়া'মা।

(১৮)

# কাউব্রা ?

ভোট কারে, কাঙনা ইলেকসন্দা,
হৌরকলে ঈ চুপ্পা প্রজাদগী,
হায়রে থবক হাপ্পিগে ঈ পিয়ু,
ময়াং কংলে প্রজা ঈ পিবদা।

কোয়পাই পাইরে ঙং ঙংদুনা,
পংগনু নখোয়গী কান্নবা তৌরি,
পিয়ু লৈজ লৈজবা ঈ নশাগী,
শিংলকউ ঈ ঐনা পিখিবদু।

ফৌ পুরগা ফৌ-শিংবা কাউব্রা ?
চেং পুরগা চেং-শিংবা কাউব্রা ?
শিংলকউ শিংলকউ শেন্দোয় শেল্লেপ।
পিরকউ পিরকউ শেলেপকা লোয়ননা।

খঙব্রা, ফৌ অমনা ফৌ কয়া থোকই
শিংলকউ ঐনা থাখিবা ফৌদমশেল,
কাউরব্রা করি হায়নখি ঐগা,
শিংবা তাবনি শেন্দোয়-শেলেপ পুন্না।।

(১৯)

# ঐনা হিংনবা চাজবনি

নোংমা হঙোয় নিংথৌ
কোয়থোরকই মরমদম য়েংনিংদুনা
থেংনরে মামা লিল
শোন্দম নাদম চৎলি।।১।।

য়েংঙমদে হঙোয় নিংথৌ
হংলকই নুংশিনা নিংথৌনা
মামা লিল কৈদৌরে
অদুক নুপা থোকত্রিবা করিগীনো।।২।।

ইশাসি ইশোন শোল্লে
হঙোয় নহোয়গী দোষননি।
পুন্সি মতোল লোমলকলে
পুন্সিগী চিঙ্গাক লোয়রমাল্লে।।৩।।

হে নিংথৌ ঐ নখোয়গী
প্রজাগী সেবা তৌজরগে
য়েংজরগে পাপ খর
কোকপা ঙস্ত্রা হায়দুনা।।৪।।

নুংঙায়বা ৱানি মামা
কনবিয়ু প্রজা চাম চাম
ওয়বিরো ঙসিদগী মন্ত্রী
ঙাক শেনবা ঙমগনিনা।।৫।।

হঙোয় মশিং থিবা
অমমমত্তা
ঋাংলে, ইতাক তাকলে
হঙোয় লৈবাক অচৌবা।।৬।।

হংলকলে মন্ত্রী লিলদা
কদায় চংখ্রে ঐগী প্রজাশিং
খুমলকই মন্ত্রী লিলনা
থমলি পুকনুংদা নুংশিনা।।৭।।

হুমাং কাখ্রে নিংথৌ
করিগীনো প্রজা চারিবদি?
করিদি উপায় লৈ
ঐনা হিংননবা চাজবনি।।৮।।

(২০)

# লৈতে অনিবা

লৈতেদো চাকনি ফিনিবা
নোমবা কল্লি ঈজৎ লৈ।
ফজৈদা ইমা লৈবাক
চপ মান্নে ফিজেৎ চাকচেৎ।

থোরকলে মতমগী মতুংইন্না
মুনবা-লাকপা হৌরকলে
লাকলে ডাকুগী মখুত্তগী
ডাকাতিনা নিবগী মহুত্তা।

উনা উনা লাকলে ছাত্রনা
নোংমৈ পায়বা নহারোলনা
পিররে ডিমান্দ লেট্টর
কারে কোকচাউবী, পাখৎখ্রে।

কোয়থি থিরে পিরে
পোকলাউবী কিবদগী
তাকলুরে চেন্দুনা পুলিসতা
হায়ররে উপায় লৈতে।

থোরকলে অণ্ডরগ্রাউন্দ ময়াম
লিল থোরকপগুম মকোনদগী
অমুক চংখি মকোনদা
চংখিবগুম লিলনা মকোন্দা

মুনি ওনখি বাল্মীকি, ডাকুদগী
মুল্লুবদগী নারদ মুনিদগী শেল
ওনগদৌরিব্রা নহারোল নখোয়সু
আদিগুরু বাল্মীকি।

(২১)

## অনিবদি অশিবনি

করিগী নিরি, মীতোপ্তগী,
অনিবদি অশিবগী পাংখকনি।

পিনবীরে নখোং নখুৎ,
তান্নজরো লমজেল নপুন্সিগী।

কনা য়াউই থোয়খিবা,
লমজেল য়াউদবা শান্নরোয়।

অনৌবা যুগকী লমজেন্দা,
তান্নজরো অঙম - অঙস্বা।

কনানা শিংথানৈ মহাকপু,
মকোক মথং লাকঙমদববু।

করিগী ইনথুনিংলী ঙমদ্রগা,
নঙোন্দগী হেনবা মীবু।

হোৎনগনু খুরৌ চেন্নবা,
অথোয়বা মহাক্কী মখোংদা।

য়ানথংকন্নু অপংবা অঙাংগুম,
শমজিনবা ঙমদবা পোৎ-চৈ।

নিগনু মীতোপ্পুগী লল,
নংনা তানবা ঙমদবদু।

তৌগনু অঙাং ওলহনবা,
শেম্বা ঙমদ্রবদি অঙাং।

(২২)

# পুনশিনবা

অহল লমনবু পুনলিদো,
মচা মশুগী নুংশিবনা।

লেংবা ঙমদে অরিবা,
পায়া অনৌবনা পুনবদা।

অনৌবনা তৎখ্রবদা
চোয়জাইনৈ অরিবা।

অনৌবসু অরিবা ওইরকই,
অরিবনা মুৎখ্রবদা।

হৌরকই অনৌ অনৌবা,
শিং ওইনৈ অরিবা।

লৈতেং ওইনৈ অনৌবা,
পুন্নরি অমগা অমগা।

অরিবা লৈত্রবদি লৈত্রে,
অনৌবগী পাঙ্গলসু অরেম্বনি

চেল্লি খুৎথাং লমজেল,
শীন্নরি অরিবনা অনৌবদা।

কান্নদে, লৌবা ঙমদ্রবদি
অনৌবনা অরিবগী লল।

(২৩)

# ঐখোয় করি চাগনি ?

লিল ঐখোয় করি চাগনি ?
চাখ্রে হঙোয় মখৈ মীনা।
হাৎখ্রে হঙোয় মখৈ ওপরেসন্না
মান্নরে মীগা লিলগা চিঞ্জাক।

ওযরে লিলগুম মীমখৈ।
হু-চেল্লে লিলগুম মীমখৈ।
লিলনা লিল হাৎতে।
মীনা মীবুদি হাৎলি।

হেল্লে হু-চেনবা মীনা।
থকলে মীনা মীগী ঈ।
হেন্না তমথিরে মীনা।
গু কামনরি অমগা অমগা।

লৌথোকলে মনি লিলগী
হাপখ্রে মনি মী কোকতা
মাংহনখ্রে মনি-মঙালনা
ঙানগী মঙাল মীগী।

লৈজে লিলগী মশাগী নিয়ম।
মাংখ্রে লৈতরে মীগী নিয়ম।
তোল্লে শাদগী মীনা হেন্না।
ওনখ্রে হিংচাবা মী পুন্নমক।

(২৪)

# অন্দরগ্রাউন্দ

হৌগৎলকলে অন্দরগ্রাউন্দ।
হৌগৎলকলে নাপীহৌবগুম।
ননশিনবিখ্রে রাজনীতিনা।
উ বিমনা ননশিনবগুম।

ৱানা খাংলে অন্দরগ্রাউন্দ।
বিম মখাগী নাপীগুম।
শিরুম নারুমলে অন্দরগ্রাউন্দ।
নাপীনা খাংবগুম বিম'খাদা।

হৌগৎলকলি রাবন মকোককুম।
ককই চোংই অন্দরগ্রাউন্দ।
লোয়বা নাইদে পেরেগুম।
থোরকই মথং মথং অমুক।

ওইরি শম্বল অন্দরগ্রাউন্দনা।
চারে শম্বলনা হৱাইমতোন।
লাকলে অন্দরগ্রাউন্দ নোংগুম
চুথররে নোংগুম তৎতনা।

লাকলে মাংন তাকনবা।
পোইনুদা লেন তাবগুম।
মাংনবা ওয়রে অন্দরগ্রাউন্দ।
মশানা মশাব হাংলে।

(২৫)

# কাঙ মন্ত্রী

ভোট কারে কাঙজাউনা।
ভোট কারে কাঙখথাংনা।
চুপলকলে ঈ কাঙজাউনা।
থবক হাপ্পিগে ঈ পিয়ু।

ঈ চুপলে কাঙজাউনা।
ময়াং কংলে প্রজামখৈ
কোয়পায় পাইরি লম্বীদা
ফিরাল অঙাংবা থেত্তুনা।

কান্নবা তৌরি পংগনু।
পিয়ু লৈজ লৈজবা ঈ।
শিংলকউ ঐগী ঈ ঈপৈশা।
য়েনখিবদো ঐনা ভোত্তা।

মিরাং থাকলে লম্বীদা।
ফানবা কাঙজাউ মন্ত্রীবু।
চৎফম লৈদ্রে কাঙজাউ।
থুরে মিরাংদা কাঙজাউ।

য়াদ্রে লেং-ওৎপা কাঙজাউ।
ঈ চুপলে মীনা ঙম্বমখৈ।
ব্রানথরে নানথোকপা ঙমদ্রে।
ফংলে অকংবা মশাদং।

(২৬)

# নহারোল

কিনরে নমিং তাবদা নহারোল।
শোন্নরি নমিং য়ুমথোং খুদিং।
থৌগৎলি পুক্লিং নমিং তাবদা।
কি-তুকৎচৈ নমিং তাবদা।

অঙাং-নৱা কপ্পখিদ্রে তাবদা।
লম হেনখিদ্রে নুপী অঙাং।
তোকখ্রে থকপা-চাবা ফাউবা।
তোকখ্রে লন তানবা ফাউবা।

থোক্তরে মপান ইনাকখুনবা।
থোক্তরে মপান শেনজাবা।
লৈরে জেলদা লৈবগুম।
কোয়থোক্তরে কোয়নিংবা কয়াসু।

লাকলে নহারোল অথৌবা।
পোইনুদা নোং লাকপগুম।
লাকলে নহারোল অকনবা।
লৌদা লেন তাবগুম।

কোকখ্রে অরাম খৌরাংবা।
পুক পাইদুনা খাংনরে।
ঙসিদী নহারোলগী নুমিৎনী।
চারসি হয়েং পুক থন্না।

(২৭)

# নুংশিবা

নুংশিবা ফংলে মমল নাইদ্রবা।
জয় তৌবা ঙমই নুংশিবতনা।
জীব পুম্বা ঙাইরি নুংশিবতবু।
য়েল্লু নুংশিবা ময়েং তারোই।

করিগী লীকলি নুংশিবা য়েনবদা।
লোয়বা খম্বা নাইবা নত্তে।
ময়েং তাবা নাইদবা নুংশিবনি।
চংবা ঙমদবা লৈব্রা নুংশিবনা।

য়েল্লিমখৈ হেনগৎলি নুংশিবা।
উদে মৈনা মুৎখিবগুম নুংশিবা।
মৈ চমখৎপগুম লাকই নুংশিবা।
মৈনা শন্দোকপগুম শন্দোকলি নুংশিবা।

শাৎচৈ থম্বালনা ফজনা ফুগাইনা
উজরগা নুংশিথোয়বা নুমিৎপু,
শাৎচৈ থরোনা নিংথিনা থাবনদা
উজরগা নুংশি থোয়বা থাজ মাবু।

(২৮)

# লমলানবিগনু

লমথোরকলি উমংলাই।
লেংথোরকলি টাটাগাড়ী।
লেংথোরকলি মিনিষ্টর।
লেংথোরকলি খুৎলাইপাইবা।
লমলানবিগনু হন্দোকপিয়ু।।

চেকশিনবিয়ু নুপী অঙাং।
চৎথোকপিয়ু নানথোক্লক্কনি গুলি।
থোরকলি ইমা লৈবাক কনবশিং।
থোরকলি মিনিষ্টর লময়েংবা।

লমলানবিগনু হন্দোকপিয়ু।।

চেকশিনবিয়ু শেনজাবশিং।
হেনদোকপিনু ইনাক খুনবশিং।
লৈবিয়ু চেকপন মনুংদা তুমিন্না।
লৈবিয়ু জেল মনুংদা লৈবগুম।

লমলানবিগনু হন্দোকপিয়ু।।

চেকশিনবিয়ু শাবিয়ু চেকয়ুম।
শিনবা মুগা তিনগুম মহুমদা।
কান্নরক্কনি লাইরবগী মুগা লং।
কান্নরক্কনি মুগা তিনগী মহুমগুম

লমলানবিগনু হন্দোকপিয়ু।

(২৯)

# াবিয়ু

চাবিয়ু থকপিয়ু লুচিংবনা চিনগুম।
য়েম্থোকপিয়ু খোঙ-তোন ফাউবা।
য়েনথোকপা হৈত্রবদি চাখিবদু।
পংথরক্কনি সমাজগী খোঙ-খুৎ।।

য়েনথোকপা হৈত্রবদি শিমিন্নগনি।
হিংলোয় লুচিংবসু প্রজা মীয়ামসু।
নিংদোন পোমগনি পৈশিল্লবদি।
ওনগনি লায়না অকিবগী।।

পুবা য়ারোয় স্বর্গদা সম্পত্তি।
ফংলোয় মংদা ফংবা সম্পত্তিগুম।
মংগুম্বা পুন্সিগী তাইবংপালনি।
কনানসু পুখিদে তাইবং লল।।

চাবা য়াই-য়াদে খংবিয়ু।
চাবা য়াব নত্তে চেকয়ুম।
চাবা য়াব নত্তে শেল-থুম।
চাবা য়াব নত্তে কার-গাড়ী।।

ঙাইরি চাগদৌবগী অমুনবা।
হরাউরি ঙায়রি চাগদবগী
অমুনবা হৈনৌ কিহোম
কেনবা ঙায়রি মীয়ামনা।।

মী পোকহৌরে মুল্লে
চহি য়ামলকলে কেনদৌরে
ঙায়রি লাই ময়ান্না
হরাউরি লাই ময়াম।।

ঙাইরি তেনব্বানা চাগদবগী,
অমুনবা ফজবা হৈনৌ।
থিরি ক্বাক্বা চাগদবগী,
অপুম অশা হুন্দোকলকপা।।

চাবিয়ু ঙমলবদি মৈগুম,
চারিমখৈ ওকপা নাইদবগুম।
চাবিয়ু ঙমলবদি ঈশিংগুম,
চারিমখৈ তুম্বা ঙম্বগুম।।

(৩০)

# তাইবং

অৱা নুংঙায় তাইবংদা,
শান্নরি কেকু লোৎপি,
অৱাবনা নুংঙায়বা উদে,
নুংঙাইবনা অৱাবা খংদে।।

নুংঙাইবা লৈত্রবদি লৈরোয়,
অৱাবা তাইবং অসিদা,
অফবা লৈত্রবদি লৈরোয়,
ফত্তবা তাইবং অসিদা।।

লানবা ঙমগনি তাইবংপাল,
ইপাক অসিবু ইলায়-লাইনা,
খন্দোকপা ঙমলবদি লৌশিংনা,
ফোংবা ঙমলবদি পাউখোংসি।।

থোরকলি কপ লাউদুনা
রাম নাম সত্য হৈ।
থোরকলি বজায় খোংদুনা।
চৎলি কেনা নোক-খেদুনা।

(৩১)

# কদায়দা লৈ ?

কদায়দা লৈ লাই হায়বদো ?
পুথোরক্কে পায়বা ঙমগদ্রা ?
পুথোরকউ পায়বিগে নমাংদা।
পায়রো পায়রো মৈ অসি।

মৈবু লাইরনে করম্না ?
হোয়নে, লাই কোটি কুম্হাহুমদোয়নি !
নংনা কিদ্রবদি কৌবিরক্কে।
কদায় কদায় কৌরকউনে।

নঙনা শিজিন্নরিবা পুন্নমক।
থক্করিবা ঈশিংসু লাইনিনে।
নঙনা শ্বর হোনবদা শিজিন্নরিবা।
মালংবা নুংশিৎসু লাইনিনে।

লাই অমত্তনি হায়ব তাদ্রা ?
লাল্লি, কোটি কুম্হাহুমদোয়নি।
অমতনি ঈশ্বর মহাক্তি।
মাগী পাউখোললোয়নি পুন্নমক।।

(৩২)

# তিনখি হৌরকফমদা

কদায়দা চৎলি থব্রায়?
কদায়দা তিনখি থব্রায়?
কদায়দা চংখি থব্রায়?
কদায়দা লৈরমগনি থব্রায়?

কদায়দা চৎলি ঈশিং?
কদায়দা তিনখি ঈশিং?
কদায়দা চংখি ঈশিং?
কদায়দা লৈরমগনি ঈশিং?

সমুদ্রদগী লাকই নোং।
সমুদ্রদা তিনখি ঈশিং।
মাংখিব্রা চুপশিন্দুনা লৈবাক্তা?
ময়েং তাথব্রা সমুদ্র?

মাংদে ঈশিং মরিক।
থোরকই তিনখি সমুদ্রদা।
মাংদে থব্রায় অমতসু।
থোরকই তিনখি ঈশ্বরদা।

(৩৩)

# পুক্লিং

হোংবা য়াই নুপীসু,
হোংবা য়াই নুপাসু,
হোংবা য়াই ইচাসু,
হোংবা য়াদে পুক্লিং।।

লাক্লবা ঙমই অশোনববু,
লাক্লবা ঙমই অকনববু,
লাক্লবা ঙমই য়েক্লববু,
লাক্লবা ঙমদে পুক্লিংবু।।

থেম্বা ঙমই অঙাংবুসু,
থেম্বা ঙমই য়েক্লববু,
থেম্বা ঙমই শা-ষনবু,
থেম্বা ঙমদে পুক্লিংবু।।

নাপ তৌব ঙমই নুমিৎপু,
নাপ তৌব ঙমই পৃথিবীবু,
নাপ তৌব ঙমই আকাশপু,
নাপ তৌবা ঙমদে পুক্লিংবু।।

(৩৪)

# মৈ

হে! অঙম অথৌ তারিব্রা?
হে! মপী মপা তারিব্রা?
চাজৌ থকচৌ কনবিগনী।
কাউগনু ঐবু মতমপুম্বদা।

মৈ ঐঙোন্দা দান তৌথোকউ।

ঐবু নিংজৌ কোক্কনি।
অৱা-অনা পুন্নমক।
মাংহল্লু সরকারগী হিসাব।
মাংহল্লু নংগী চিন্তাসু।

মৈ ঐঙোন্দা দান তৌথোকউ।

কাউগনু মৈ ঐ লৈ হায়বা।
শিজিন্নৌ অপাম্বা মওংদা।
প্রমান ফংল্লোই অরানবগী।
য়াথং পিয়ু স্বাহা হায়না।

মৈ ঐঙোন্দা দান তৌথোকউ।

নঙনা চাউ হায়বদু চাগে।
পুলিসকী অফিস চাউরা?
ফোরেষ্ট অফিস চাউরা?
ইডুকেসন অফিস চাউরা?

মৈ ঐঙোন্দা দান তৌথোকউ।

(৩৫)

# নুপা থোকইদা!

ফজৈদা য়ুম অসি নিংথীদা!
ওইরমগনি য়ুম নম্বর ফোরগী!
ফজৈদা কার অসি নিংথীদা!
ওইরমগনি য়ুম গঞ্জাগী।
অসিনীদনা নুপা হায়বদো।

ফজৈদা য়ুম অসি নিংথীদা!
ওইরমগনি পুলিস অফিসারগী।
ফজৈদা য়ুম অসি নিংথীদা!
ওইরমগনি ফোরেষ্ট অফিসারগী।
অসিনীদনা নুপা হায়বদো।

ফজৈদা য়ুম অসি নিংথীদা!
ওইরমগনি মিনিষ্টর নুপীগী!
ফজৈদা য়ুম অসি নিংথীদা!
ওইরমগনি ঠিকাদার নুপীগী।
অসিনীদনা নুপা হায়বদো।

ফজৈদা য়ুম অসি নিংথীদা!
ওইরমগনি ঠিকাদার অচৌবগী।
ফজৈদা য়ুম অসি কনাগীনো?
ওইরমগনি শেনজাউ পায়বগী।

(৩৬)

# ঐ কনানো - ১ ?

নিংতমজৈ পুল্লগা, পোৎথাজৈ নুংঙাইনা।
পিরী অহাউ-অথুম, ঘী, মাখন, শঙ্গোম।
চানিংবা চারি, খাকলম্মী অতৈগী শরুক।
থবক তৌই, নিংহন্নদনা অশাউবা লৈতনা।

ঐ কনানো?

নিংতমজৈ থাদোক্লগা, কোয়চৎ চৎচরগা।
চারি অহাউ-অথুম ফত্ত-হাওদি থিদুনা।
কনাসু চংহননিংদে ঐবু মপু নত্তনা।
ঐগী ইথৌনি, মপুগী য়ুম ঙাকপনা

ঐ কনানো?

নিংতমজৈ, কোয়চৎ চত্তুনা চাজরগা।
খাকতনা চায় মনা ময়োন মরু।
হিংগৎলকতে ঐনা চাখ্রবা পাম্বী।
অখাবা চারগা অথুম্বা শঙ্গোম পী।

ঐ কনানো?

(৩৭)

# বন্দ

বন্দ তৌরি দ্রাইভরশিংনা,
চৎথোক চৎশিন য়াদ্রে,
শাপ তৌরি প্রজাশিংনা,
"গাড়ীনা তক্তুনা শিয়ুকো।"

বন্দ কৌরি খুৎলাই পায়বনা,
কিনরে হেন্দ্রে ময়ুমদগী,
শাপ তৌরি প্রজাশিংনা,
"শিয়ুকো গুলি চাদুনা।"

বন্দ তৌরি অন্দরগ্রাউণ্ডনা,
চৎনদ্রে কনা'মত্তা ময়ুমদগী,
শাপ তৌরি প্রজাশিংনা,
"শিয়ুকো বন্দনা নন্দুনা।"

তৌররি বন্দ মরৈবাকনিংবনা,
চরা হেল্লে লাইরবা ইমুং,
শাপ তৌরি লাইরবশিংনা,
"ফংউকো নখোয়সু অৱাবসি।"

বন্দ কৌরি নহারোলনা,
ইজ্জৎ মাংলে লাইরবশিংগী,
শাপ তৌরি লাইরবশিংনা,
"শিয়ুকো শিফম নাফম খঙদনা।"

বন্দ তৌরি ছাত্র-ছাত্রীশিংনা
লাইরিক লাইশু তম্ব ফংদ্রে
শাপ তৌরি অহল-লমনশিংনা
"নখোয় নহে হৈতবা ওইয়ুকো।"

(৩৮)

# খুরুমজবা

খুরুমজরি, বন্দ তৌবশিংদা।
ওঝাগী নুমিত্তা বন্দ তৌবিগনু।
ধর্ম্মগী নুমিত্তা বন্দ তৌবিগনু।
ইনাৎকী নুমিত্তা বন্দ তৌবিগনু।

হায়জরি, বন্দ তৌবশিংদা।
খনবিয়ু লায়রবগী, বন্দ তৌবদা।
চরা হেলহনবিগনু লায়রববু।
ইজৎ মাংহনবিগনু লায়রববু।

খন্থবিয়ু, বন্দ তৌবশিংনা।
থিংবীগনু মহে তমনিংবশিংবু।
কাউবিগনু নহারোল চাউখৎথৌরাং।
তৌবিগনু তৌনিংবতা অঙম্বনা।

খন্থবিয়ু, বন্দ তৌবশিংনা।
খন্থবিয়ু, অমাং অতা খরসু।
নুংশিবিয়ু নচন নচা ঙাক্তনি।
কাউবিগনু নমা-নপা ঙাক্তনি।

কাউবিগনু, বন্দ তৌবশিংনা।
ৱাদে অঙম অথৌ অমত্তা।
মাংদে ইনাক কৈরাক খুনবগীদি।
ৱাত্তে শেনজাও পাইবগীদি।

খঙবিয়ু, বন্দ তৌবশিংনা।
কপলিবসি লায়রবা কয়ানা।
শাপ তৌরি থম্মোয়দা।
হায়বা ঙমজদে মচিননা।

খুরুমজরি, বন্দ তৌবশিংদা।
নোংমৈ গুলি য়াউবিরক্কনু।
পেল্লে নখোয়গী গুলি।
থক-থক নিক্লরে উবদা।

খুরুমজরি, বন্দ তৌবশিংদা।
তৌবিগনু মাংনবা য়ুম।
উচি কল্লক মৈ থাবিগনু।
ফোইদৎপিনু নশাগী নরল।

খুরুমজরি, বন্দ তৌবশিংদা।
ফুদোকপিগনু অপংবা নশাগী।
য়েংবিগনু স্বার্থ নশাগীতা।
য়েংবিয়ু স্বার্থ মীয়ামগী।।

(৩৯)

# এইডস

করিগী পকলোয় এইডস,
চানিংবদা চায় অহাউবা,
চাহৈদবা চায় অহাউবা,
থকনিংদবা থকই অয়াকপা —।।

করিগী পকলোয় এইডস,
তৌহৈদে হায়বদু তৌই,
লৌনিংবদা লৌই লোয়না,
লৌবা য়াদে লৌইদো —।।

করিগী পকলোয় এইডস,
নুংঙাইরগা লোয়রে খল্লি,
অখংবনা তাকলে লৌদে,
অপংবনি খল্লি অশিংববু —।।

করিগী পকলোয় এইডস,
লৈ লুপতুনা অকামপেৎতা,
পাম্মী নোংচুপকী চৎনবীদা,
ঙাওজৈ লব লেটরদা —।।

করিগী পকলোয় এইডস,
চাথোকই নুংশিরবা হুই,
চাথোকই ওক লমচৎ ফত্তবা,
চাথোকই অনাবা য়েন-ঙানু —।।

করিগী পকলোয় এইডস,
লুহোংদ্রিঙৈদা লুহোংথোকই,
থুদেকলে ধর্ম্মগী সম্বলমখৈ,
হেন্না শিংই মপা মমাদগী —।।

করিগী পকলোয় এইডস,
লোয়তান্নে স্কুল কলেজদা,
ইকায় ইকি খংদে লম্বীদা,
ইন্দে ওঝা গুরুগী পাউতাক —।।

করিগী পকলোয় এইডস,
অচুম্বা তাকদ্রে ডাক্তরনা,
অচুম্বা ঙাংদ্রে মন্ত্রীনা,
কিরে ঙাংবা ব্রাহ্মননা —।।

করিগী পকলোয় এইডস,
লম্লোনলি নম্বর ফোর,
স্ত্রীনা লৈঙাকপনা,
পশা তাল্লি অঙম অথৌনা —।।

রিগী পকলোয় এইডস,
ান্নরে অধিকার নুপা-নুপী,
াদোকলে কাও থাবগুম
াল্লি পৈশা ফোংনা —।।

রিগী পকলোয় এইডস,
হোংই চিংনবা লৈতনা,
রারক হন্না চেল্লুরবসু,
লরি নুংশিবা পৈশানা —।।

করিগী পকলোয় এইডস,
ডাক্তর করি চাগনি,
করম্না শাগনি য়ুমজাউ,
কার কদাইদগী তোংগনি —।।

করিগী পকলোয় এইডস,
পুলিস করি চাগনি,
করম্না শাগনি কোনুংগুম,
কার কদায়দগী লৌরুনি —।।

(৪০)

# পিদবা য়ারোই খর

ঐসু শেল তানবনি,
লেম্না ফম্বা নত্তে,
লেম্না ফংদে চৌক্রী,
পিদবা য়ারোই খর।।

পায়দে মমল য়ামদবা,
পৈশা ফংদবা ফাইল,
লেম্না ফংদে ফম,
পিদবা য়ারোই খর।।

লোইরোই খরচ পিদ্রবদি,
ইচাগী খরচ লৈহৌদে,
শান্নপোৎ লৈনবা লৈহৌদে,
পিদবা য়ারোই খর।।

থিবা ফংদে ফাইল,
লৈতে বিল ফোরম,
ফংদে নম্বর ফাইলগী
পিদবা য়ারোই খর।।

লৈতে থকনবা ঙসিগী।
পিরম্মু খরদং অরৈবা।
ফংজরো ফংফম থোকপা।
পিদবা য়ারোই খর।।

লূ থুমলি কংফালদা।
ফুরিৎখাউ চপলি আফিসতা।
কালা বাজার তৌরি।
পিদবা য়ারোই খর।।

(৪১)

## হে বন্দদা ঙাওবশা!

হে বন্দদা ঙাওবশা!
বন্দদা কনা চারা হেল্লি?
নোকলি ইনাক খুনবনা,
নুংঙায়দা খর পোত্থাজবা,
ঐগী ফৌদি ময়োল চোংলগনি।।

হে বন্দদা ঙাওবশা!
বন্দদা ৱারিবসি কনানো?
নুংঙায়রি সরকার কর্ম্মচারি,
ঙসি অফিস কাররোয়,
তৌহৌরগে থবক খর।।

হে বন্দদা ঙাওবশা!
বন্দদা কনা তেংথারি?
নোংমগী চরা তানবশিং,
খনবিব্রা লায়রবগী অৱাবা,
ঐতগী খনবদু মীরা-শারা?

হে বন্দদা ঙাওবশা!
বন্দদা কনা ৱারি?

চাবা ফংজদবা নুপী অঙাং,
তাদব্রা কপলিবশিং অসি,
ঐতগী খনবদু মীরনে?

হে বন্দদা ঙাওবশা!
মী কৌব্রা ৱাখল খন্দববু?
মপু নিংবা হুইনা খোংই,
মীগী তুম্বা কায়বদি খনদে,
খোংই হৌনা হৌনা।।

হে বন্দদা ঙাওবশা!
বিখারী লৈতবা সমাজনি,
থোরকলে বন্দদগী বিখারী,
নিরে বাজারদা চত্তুনা
লৈরি ইজ্জৎ অঙম্বনা।।

হে বন্দদা ঙাওবশা!
উদ্রবরা মপী তারিবশিংসে,
উনবা আনোক য়াউদ্রবরা?
য়োনবা য়াদবসু য়োক্লে,
লৈগে থৌরাং তৌরিব্রা?

হে বন্দদা ঙাওবশা!
করি সুবিধা ফংলি?
করি কান্নে কিহল্লগা?
থক থক নিকনরেদো,
নখোয়গী নমিং তাবদা।।

হে বন্দদা ঙাওবশা!
কংদুনা হাৎলগেরা প্রজাবু,
হাৎপগী সার্টিফিকেৎ পায়বরা?
শিরগা ফোলা চাগেরা?
বার্তন তৌজরক্কে ৱারৌবিনু।।

(৪২)

# লৈকংদা লূ থুম্বা

ঈশিংদা লূ থুম্বদা,

চংদ্রে ঙা অমত্তা।

হাৎখ্রে ঙা পুম্বা,

তিল হিদাক হাপতুনা।

থুমলরে লূ লৈকংদা,

চংলকই ঙা পোকলাউবী উৎপদা।

হরাউনৈ হায়নৈ অসুন্না,

নংগী ঙা কয়াম চাউই।

লূ কায়রি লৈকংদা,

পোক লাউবী পায়দুনা।

চারে মশিং থিরি,

আফিসতা কলম পায়দুনা।

চারে থকলে ঙাগা,

মধু পানগা নুংঙাইনা।

লাউ-খোংই লম্বীদা,

খোংই হোরোন হৌনা।

সলাম তৌনৈ মখোয়,

অমগা অমগা কোন্নদুনা।

ঙাইখো হায়বা খংনৈ,

পিরম্মী ঙা ফুরিৎখাউদগী।

(৪৩)

# নিজবা

খুরুমজরি গুরু চরন্দা
খুবাম চাংজৌ লোন্নজদুনা।

পিনবিয়ু বুদ্ধি লৌশিং
ঙমজগে জীবগী সেবা।

পিনবিয়ু পাঙ্গল থৌনা
ঙমজগে অশোনবগী সেবা।

পিনবিয়ু লন-থুম
ঙমজগে লায়রববু কনবা।

পিনবিয়ু অফবা ৱাখল
ঙমজগে ইরৈবাক কনবা।

পিনবিয়ু জ্ঞান লৈবা
য়েঞ্জগে জীব পুম্বদা।

পিনবিয়ু অচুম্বা চৎপা
ঙমজগে অচুম্বা লৌবা।

(৪৪)

# য়েন্থোকলগা হেনগৎলকই

য়েন্থোকলি মখৈ হেনগৎলকই,
ময়েং তাবা লৈতে কৈদৌনুংদা,
য়েন্থোকলি সমুদ্রনা ঈশিং,
ফংজে পৃথিবী ইশং শংই।।

য়োকই ঈশিংনা পৃথিবীগী,
অচৎ-চৎত জীবপুম্ববু,
থকচৈ অচৎ-চৎত জীবপুম্বনা,
হল্লকই ঈশিং সমুদ্রদা।।

মাংবা লৈতে হেনগৎলকই,
ময়েং তাদে লাইজ ঈশিং,
হিংনরি জীব পুম্বা নুংঙাইনা.
হিংদে জীব ঈশিং য়াউদনা।।

(৪৫)

# কাপলো নুংশিবগী গুলী

হে লানহৌবশা!
নোংমৈ অদু হাল্লুনে,
নুংশিবগী গুলী অমতং,
পানগনি মীয়ামগী থম্মোয়দা।

হে অন্দরগ্রাউন্দশা!
কাপলো নুংশিবগী গুলী,
পানগনি পুন্নমকী থম্মোয়দা,
পোক্কনি নুংশিবা থম্মোয়দা।

হে টেররিষ্টশা!
কাপলো থম্মোয়দা গুলী,
পানগনি লেংবা ঙমলোয়,
নুংশিবগী গুলিনা পানখ্রবদা।

হে দেশদ্রোহীশা!
নজাতি কল্লু নুংশিবনা,
নুংশিনদ্রবদি নখোয় নশেন,
মীনোক চংগনি মীরমগী।

হে আটংকবাদীশা!
চৎলু নুংশিবগী লম্বীদা,
নুংশিবা লৈত্রবদি শিগনি,
নচিন ননাওগী মখুত্তা।

হে উগ্রবাদীশা!
থাদোকলো অশাউবা কান্নদবা,
য়ানথৎকনু নশাগী উপাল,
নিঙমহৌরোয় থবক লানখ্রগা।

(৪৬)

# ব্রাখল

অঙকপনি শেল-থুম সম্পতি,
ফংলে ব্রায় ফংদ্রে ব্রায়।
ফংলে চীংনৈ থব্রায় থাগদ্রা,
ফংদ্রে চীংনৈ চাদনা শিগদ্রা?

নুংশিবা কায়নরসু পংব্রা ব্রায়,
নুংশিদবা থেংনরুরে পাংব্রা ব্রায়।
লৈদো নুংশিবসু নুংশিদবসু পুন্না,
থম্বালগা তিনখংগা পাল্লি পুন্না।

ফত্তবগা অফবগা লৈদো তোৎনদুনা,
লৈদো লৈখোমদা তিন-কাঙনা।
ঙস্মীদো ঙানুনা মচিঞ্জাক লৌবা,
অফবা খন্দোকপা ঙস্মী অখংবনা।

কাউথোকইদো সংসার অসিদা,
মানা তৌবনা মানা ফংই হায়বা।
অব্রাংবদি কানিংই কাবদি হৈতে,
মানা থিবনা মানা ফংই হায়বা।

(৪৭)

## কনবিবা

তাইবংদা তিন্দুনা লৈদো,
অফবা ফত্তবা অনিসিদা,
ফত্তবনা মশিং হেল্লিদো,
অফবা লৈত্রবগুম তৌই।।

অশিংবা লৌশিং লৈবতনা,
খন্দোকপা ঙমই অফবা,
পুমথৈদো অফবসু তিন্নখ্রবদি
ফত্তবা অপুম্বা মরক্তা।।

গুলাপ অমা কন্ননবগীদমক,
পাল্লিদো তিংখঙ কয়ামরুম,
লৈত্রবদি তিংখংশিং অসি,
লৈরোয় গুলাপ অমফাউবা।।

মচাবু মমানা নুংশিদ্রবদি,
হিংলোয় মচা অমফাউবা,
শিবা কিদে মমা অমত্তা
নুংশিরবা মচাবু কনবদা।।

পিকখ্রবা হৌদোং ফাউবনা,
কল্লি মচাবু তাউবা হুইদগী,
তেখ্রবা ষননা কল্লি মচাবু,
তান্নে কোয়তান য়েক্লবশিংবু।।

(৪৮)

# ঈহৌ

লাইজ ঈশিংনা লাকলবদা,
চাউখৎলকই তুরেল পুখ্রিসু,
চাউখৎলকই ঈশিং মচাশিংসু,
চাউখৎলকই তিন-কাং কয়ামরুমসু।

লাকই ঈশিং ঈচাউ অকনবা,
কান্নরবা ঈশিং অমাঙবা ওইরকলে,
চেল্লকই অমাং অতা খংদবমখৈ,
য়েংলি নুপী অঙাং নহারোলশিংনা।

খংদে মাংগনি তাগনি হায়বা,
চেম্থোরকলে মৈরা পায়বীসু,
চেম্থোরকলে খুলায় পায়বসু,
চেম্থরকলে মতমগী ঈচেলদা।

খঙদে অমাং-অতা কনানসু,
নমখায়রে নহারোল পাঙ্গলবনা
তুরেলনা নমখায়বগুম তোর্ব্বান,
মাংহল্লে লাইরবগী লবুকমখৈ।

থোরকলে য়েংবা ঈশিং-ঈচাও,
হরাওই লাইরবগী অমাংবা উরগা,
য়েংই হরাও হরাও ঈচাউবু,
নুংঙাইনরি নহারোল অমগা অমগা।

মাংহল্লি তুরেলনা মশাগী তোর্ব্বান্দ,
নমখায়রকই মশাগী তোর্ব্বান্দবু,
মাংহল্লি মশাগী সমাজবু,
নিংখায়রে সমাজ মতমগী ঈহৌদা।

(৪৯)

# অফ-ফত্ত

শাবিরম্মী ইপা-ইপুনা থোং,
মসিদা লান্দনা নুংঙাইনা,
কদায়দা লানগে হায়বনো?
করিগী অমুক থুদেকনিংলবনো?

শাবিরম্মু নচা-নশুগী থোং,
নুংঙাইনা লান্নবা মখোয়না,
নিংশিংলক্লুবা নখোয়বু মখোয়না,
অশেংবা নুংশিবা ওইগনি মদুনা।

অনৌবা থোং শাদ্রিঙৈ,
করিগী অমুক মাংহল্লিবনো?
লৌগদবা নত্তে ফত্তবশিং,
লৌগদবনি খন্দোক্লগা অফবশিং।

ইপা-ইপুনা থমবিরমই,
মদুগী মহে ঐখোয়না চারি,
করিগী য়ানথৎপা পামলিবনো?
অনৌবদি থানিংদ্রগা নখোয়না।

অফবা লৌবা ঙম্বদু,
অশিংবা অখোয়বা হায়নৈ,
হৈগদবনি অফবা খনবা,
লৈগদবনি অফ-ফত্ত অনিমক।

ফত্তবা লৈত্রবদি লৈরোয় অফবা,
অফবগা ফত্তবগা পোকমিন্নবনি,
অফবা লৌগদ্রা, ফত্তবা লৌগদ্রা?
য়ারোয় অনিমক লৌবদি।

(৫০)

# মফম খুদিংদা

হৌগৎলকলে অন্দর গ্রাউন্দ নাপীগুম,
হায়রে নিংতমজগে নিংতমজগে হায়না।
নুংঙাইজদে নুংঙাইজদে পোন্দা লৈবা,
হাউজদে হাউজদে পোনগী চিঙ্গাক।

ননশিনবীরে নাপী-শিংবী উ বিম্না,
হৌগৎপা ঙমদ্রে নাপীশিং নিংতম্না।
ননথৎখ্রে অঙম অথৌগী পাঙ্গলনা,
মাংখ্রে পাঙ্গল নাপীগী নীংতম্বা।

পৎলবসু হৌখিগনি লৈরি শিদ্রি,
হৌগৎলকই অমুকসু অপৎপা মরক্তগী।
নিংতম্বা ঐখোয়গী লেংদ্রবা অধিকারনি,
চৎচগে নিংতম্না মৈ-ঈশিং নুংশিৎকুম।

নুংশিৎকুম শিৎচগে নিং-খা তম্না,
লৈজগে মৈগুম নিংতম্না কোয়দুনা।
লৈজগে ঈশিংগুম মফম খুদিংদা,
পায়জগে উচেককুম মফম খুদিংদা।

(৫১)

# কদায়দা লৈরুই

ইতাও হঙোয়!

কদায়দা লৈরুই নহানমখৈ?

মরুপ লিল!

ওইরুই অন্দরগ্রাউন্দ নহানমখৈ?

ইতাও হঙোয়!

নংদি করি চায় নোইপেনলেদা?

মরুপ লিল!

কৈদৌরে নয়াং ইকং কংলবদি?

ইতাও হঙোয়!

ঐদি চাবা ইফং ফংদ্রে।

মরুপ লিল!

করিগী চাবা ফংদ্রিবনো?

ইতাও হঙোয়!

মীনা চাখ্রে হঙোয়মখৈ।

মরুপ লিল!

করম হায়না তৌগনি?

ইতাও হঙোয়!

ঐসু ওইখ্রগে অন্দরগ্রাউন্দ

মরুপ লিল!

অদুদি করি চাদুনা হিংগনি?

ইতাও হঙোয়!

ঐসু মী চাদুনা হিংলগে।।

(৫২)

# হিংচাবা

কনানা হু কল্লি  মীগা লিলগা?
য়েংনসি কনাগী হুনা কল্লি,
থাজিন্নরি হু মীনা মীদা,
কামনরি হু অমগা অমগা।

থোরকলে লায়না মথং মথং,
থোরকলে তারমদবা লায়না অনৌবা,
য়ৌরকলে লায়না লিলগী মওং,
য়ৌরকলে য়েংবা ঙমলরোয় হায়নবা।।

হু চেল্লে নুপী-নুপা পুন্নমক,
ওয়রে বিষ কন্যা নুপীপুম্বা,
ওয়রে নুপাশিংসু অনাবা কয়া,
কনবা ঙমগনি করম্বা ডাক্তরনা?

লিল ঐখোয় করি চাগনি?
লৈতরে হঙোয়, উচি অমত্তা,
ওয়খরে মীগী চিঞ্জাক লোয়না,
ওয়খরে মী পুন্নমক হিংচাবা।।

(৫৩)

# ষণ মনম নমই

ফারে কৈনা মীবু,
হায়রে চৎপা য়ারোই।
হংলে মীনা কৈদা,
নখোয়বু মী চাব্রনে?

খুমলে কৈনা চাদে,
অদুদি করিগী ফারিবা?
নখোয়না করিগী চারি,
ঐখোয়গী চিঞ্জাক ষণ?

ঙাকপিয়ু চাজররোই শা-ষণ,
অদুদি ওথোরকউ চাখিবশিংদু।
চৎপা য়ারোয় ওথোকত্রবদি,
করমনা ওথোক্কনি চাখিবশিংবু।।

চাখিবা ওথোকপা ঙমদ্রবদি
চারি করিগী ঐখোয়' চিঞ্জাক?
য়ারোই ওথোক্লম্মূ হৌজিকমক,
নত্রবদি শেৎকনি মচেৎ মচেৎ।।

ঐদি চাজদে কনবিয়ু,
চায় নংসু শা-ষণ।
করম্না খংই ঐনা চাববু,
খংই ষণ মনম নমই।।

(৫৪)

# করি পুসিগে!

ঐনা তাল্লে সমপত্তি,
করি পুগনি চৎপদা?
পুবা ঙমগদ্রা সমপত্তি,
করম্না পুগনি চৎপদা?

ঐনা তাল্লে সমপত্তি,
করি করি পুসিগে?
সনা লুপা পুসিরা,
লৌ ঈঙ্খোল পুসিরা?

ঐনা তাল্লে সমপত্তি,
করি করি পুসিগে?
কার, বঙ্গলা পুসিরা,
নুংশি নুংশিবা পুসিরা?

করি পুখি ইমানা,
করি পুখি ইপানা,
করি পুখি ইধৌনা,
করি পুখি ইবেননা।

ওন্থোকপনিদা থনম্বা তারি,
পাম্মুরবা তাঞ্জবা সমপত্তি,
পুন্সিন্নীংদা লঙ্কাগী রাবনগুম,
পুন্সিন্নীংইদা মথুরাগী কংসগুম।

(৫৫)

# করি লৌগনি

থম্বাল অমা শাৎপদা,
তিঙ্খং কয়া পাল্লি,
গুলাপ অমা শাৎপদা,
কল্লি তিঙ্খং কয়ানা।

মগুণ লৈবা মী অমগী,
ফত্তবা কয়া পোকলি,
মমা অমত্তগী মচানি,
অফ-ফত্ত অনি পোকমিন্নে।

তোৎখ্রে অফ-ফত্ত অনিমক,
খন্দোক্কনি করম্না তোঙান্না,
ঙানুনা চাদে ফত্ত-হাউদি
চাদে লৈখোম লৈনাং।

অফবা য়াওদবা লৈতে,
ফত্তবা য়াওদবা লৈতে,
অফবা থির অফবা ফংলে
ফত্তবা থির ফত্তবা ফংলে।

মানা থিবদু ফংগনি,
মানা থিদবদু ফংলোয়,
ওকতবা থিরবসু ফংগনি,
লমচৎ ফজবা থিরবসু ফংগনি।

(৫৬)

# মংগুম্বা তাইবং

কদায় চৎখ্রে শেনয়াম ফংলম্বদো।
মাংখ্রে লোয়না শেনয়াম কয়া।
উদ্রেনে লোইনা তালোয় নিংথীবী।
থিরুখিদ্রা মখোয়শিংদু মংলান্দা।।

ইনাক কৈরাক খুল্লমবদু মংলান্দা।
লৈরমদ্রে অমত্তা মিৎকপ থোরকপদা।
অৰাৎ-অপা অমত্তা লৈরমদেদা।
অৰা অনা লৈরমদে মংলানদা।

হায়নৈদো মংগুম্বা তাইবং পুন্সিনি।
পুবা ঙমগদ্রা তাল্লিবা লনশিংসি।
কনা ঙমখি পুবা তাইবং লনশিংসি।
ঐদি ঙমগদ্র পুবা তাইবং লনশিংসি।

কদায়' থমলমগনি সনা লুপা।
ৰানা তানজরবনি শেনজা থুমজানা।
তানজরবনি মিনম শোরি কয়ানা।
তানজরবনি শিব-নাব কিদনা।

পুন্সিগদ্রা খল্লম্মী রাবনগুম
য়ৌশিল্লকলে থোংগানদা যমরাজ
হিংবা য়াগদ্রা পিথোকখ্রগা যমরাজদা
চৎলুরগা অমুক হল্লকখিসিরা?

(৫৭)

# অনিগী তাইবং

অৰা-নুংঙায় তায়বংদা।
শান্নরি কেকু লোৎপী।
অৰাবনা থিরি নুংঙাইবা।
নুংঙাইবনা থিরি অৰাবা।

নুংঙাইবনা উদে অৰাবা।
অৰাবনা খংদে নুংঙাইবা।
য়াদে লৈমিন্নৌ হায়বা।
কি অমনা অমবু য়ান্না।

মম্বনা চেল্লি কোয়চেন।
অঙানবনা তান্নে কোয়তান।
চপ মান্নে লমজেল।
হেন্নদে অমনা অমবু।

লাকই নুংঙায়বা অঙানবগুম।
লাকই অৰাবা অমম্বগুম।
উৎলি শেনমায় অনিগুম।
অমত্তনি অনিমক পুল্লগা।

অৰা-নুংঙাই খলসিবু।
ওনবা ঙমলবদি চপমান্নবা।
অৰাবদা ৰারোয় তায়বংদা।
নুংঙাইদুনতা লৈগনি তায়বংদা।

চল্লি পাউখোং অনিসিনা।
খংবা ঙমব্রা অনিগী খোংচৎ।
কৌই মী, ফোংবা ঙম্ববু।
কান্নদে মী অদু ফোংঙদ্রবদি।

(৫৮)

# চায়নরে

মীগী পুক্লিংদা চায়নরে,
হুইগা হৌদোংগা অনিনা,
ঈ-নায় তানরে ঙম্নদ্রে,
তিনখ্রে হুইগী ঈনা মীদা,
হায়রে, এডস পকলে।

মীগী পুক্লিংদা চায়নরে,
ষণগা হুইগা অনিনা,
ঈ-নায় তানরে ঙম্নদ্রে,
ডাক্তর লাকলে থেম্নবা,
হায়রে, এইডস পকলে।

মীগী পুক্লিংদা চায়নরে,
ওককা শওমগা অনিনা,
খোংলে শেগাক কায়না,
চিকখায়নরে অমগা অমগা,
হায়রে এইডস পকলে।

মীগী পুক্লিংদা চায়নরে,
কাউনরে য়েনগা য়েনগা
খোংলে পুক্লিং য়েনগুম্না
পকলে য়েনগী লায়না
হায়রে, এইডস পকলে।

(৫৯)

# চিঞ্জাক

চায় হুইগী চিঞ্জাক,
ওয়রে হুইগুম।
চায় কৈগী চিঞ্জাক,
ওয়রে কৈগুম।

চায় ওক্বী চিঞ্জাক,
ওয়রে ওক্বুম।
চায় য়েনগী চিঞ্জাক,
ওয়রে য়েনগুম।

তৌই হুইগী থবক,
মহু চেল্লি হুইগুম।
তৌই কৈগী থবক,
ইচং থৌই কৈগুম।

তৌই ওক্বী থবক,
চৎলি ফত্তবা ওক্বুম।
তৌই য়েনগী থবক,
কাউনৈ খৎনৈ য়েনগুম।

মীগা মীগা অমুকসু,
চিকনরে মখোয় হুইগুম।

মীগা মীগা অমুকসু,
নম্নরে মখোয় কৈগুম।

মীগা মীগা অমুকসু,
খৎনরে মখোয় ওককুম।
মীগা মীগা অমুকসু,
কাউনরে মখোয় য়েনগুম।

উরে অকি অকিবা,
মঙদা খোংলে হুইগুম।
চিকনরে মঙদা হুইগুম,
খল্লি ইচাসিবু ঙাওরব্রা?

(৬০)

# মিং

য়েংবা য়াদে য়েংনিংউইদো,
উবা য়াদে উনিংউইদো,
য়েংগনু হায়র ময়েংউই,
ফাগে হোৎনৈ ফাঙমদে।

ফোংদোকউই ঐনা নুংশিবা,
ফোংদোকউই ঐনা অৱাবা,
ফোংদোকউই ঐনা অশাউবা,
ফোংদোকউই ঐনা হঙ্গোয়বা।

য়েংলুই ঐনা য়েংহৈদবসু,
য়েংলুই ঐনা ফজবসু,
যেংলুই ঐনা হঙ্গোয়বসু,
য়েংলুই ঐনা নুংশিবসু।

পাক চাউই ঐসি অতিয়াগুম,
ৱাং চাউই ঐসি চীংজাউগুম,
য়াম্না লুই ঐসি সমুদ্রগুম,
য়াম্না য়াংই ঐসি নুংশিৎকুম।

কোয়চৎ চৎলি মউট য়াউদবা শামুগুম,
কোয়চেল চেনলি য়াচল য়াউদবা শগোলগুম,
কোয়ঙাউনৈ মপু য়াউদবা হুইগুম,
কোয়ঙাউনৈ মচা কায়নরবা ষণবীগুম

(৬১)

# চাথোকপা

চারি হমেংগুম ওফিসতা,
চাথোকই চে চাং হিসাব-কিতাব,
খাকতে ঐগী মীগী হায়বা,
চারি হৌদোংনা মচা চাবগুম।

চারি হামেংনা উনা চাবগুম,
লৌশিল্লি পৈশা ঙস্বমখৈ,
চাথোকলি লোন শেনথং,
খাকতে ময়োন মরা মনা।

চারি শুম্না উ চাবগুম,
মৈদা দান তৌথোকলে,
পাপ কোকনবা মশা মশাগী,
প্রমান ফংদ্রেদো চাখিবগী।

লমজেল তান্নরি চাবগী,
লেমনরি হেন্না চাবঙস্বা,
চৎলি মখোং তরুক পান্দুনা,
তান্নরি হেন্না য়াংবা।

লৌরি খাজনা ইংরেজগী,
লেম্না ইংরেজী হৈরকতে,
তমলকলিবনি শেল চংনা,
তানগদবনি হঞ্জিন্নবা তিংখিবদু।

(৬২)

# নিংতম্বা

থিরি নিংতম্বা নহারোলশিংনা,
থিরি উমং-ৱামংদা নিংতম্বা,
ফংলি নিংতম্বা গুলী চাদুনা,
চৎলি নিংতম্বা উমং ৱামংদা।

ফংখি নিংতম্বা অহিংসানা,
ফংগদ্রা নিংতম্বা হিংসানা,
কিনখিদে থবায় কৎথোকপা,
কিনদ্রে থৱায় লৌবদা।

তানখি নিংতম্বা তিন্নদুনা,
ফংখি নিংতম্বা তোখায় তান্নবা,
ফংখি নিংতম্বা শিদোক্তুনা,
তাল্লি নিংতম্বা হাত্তোক্তুনা।

তাল্লি নিংতম্বা শেলমুন্দুনা,
থিরি নিংতম্বা শেললাক্তুনা,
লৌরি নিংতম্বা ডিমান্দলেট্টরনা.
লৌরি নিংতম্বা শেলথুম।

মুল্লি নিংতম্বা অতোপ্পগী,
লল্লোল্লি নিংতম্বা গঞ্জা,
য়েল্লি নিংতম্বা মধুপান,
য়েল্লি নিংতম্বা মীরৈবাক্তা।

লৌরি নিংতম্বা কমিশন,
কমিশনগী কমিশন লৌরি,
লৌরি নিংতম্বা শেন্দোং,
শেন্দোংগী শেন্দোং লৌরি।

(৬৩)

# গান্ধীজী

হে গান্ধীজী! পুবা ঙমদ্রে,
নংগী পোৎলুম, নংগী সেবকশিংনা,
ফৈজা লৈত্রে, পুনবা নংগী সম্পত্তি,
ঙমদ্রে মরামত তৌবা নংগী সম্পত্তি।।

হে গান্ধীজী! লৌবা ঙমদ্রে,
চন্দ্রে হাপ্পা নংগী জ্ঞান,
খুজায়দা সনাবুনগী ঈশিং চন্দবগুম,
পাথোকলে ঈশিং খুজায় মচাদগী।

হে গান্ধীজী! কায়রে নংগী ৱাশক,
শকখিবদায় শা চারোয়, য়ু থকলোয়,
নুপীদা নওবা লমচৎ চৎলোয়,
করি পাংথোকলি নংগী সেবকশিংনা।

হে গান্ধীজী! পামজরম্বদায় নিংতম্বা,
নিংতমলে নংগী সেবকশিং মীখা পোন্দ্রে,
থকলে নিংতম্না চারে নিংতম্না তৌরে,
হুরাল্লে নিংতম্না খুৎলায় পায়রে।

হে গান্ধীজী! নংগী একতাগী ৱাখল,
থুগায়রে মচেৎ মচেৎ য়াদ্রে তাইশিনবা,
নংনা থম্বীরম্বা ফজরবা খাদি অদু,
রুমাল ওম্বোকলে মচেৎ মচেৎ শেগায়দুনা।

হে গান্ধীজী! নংনা থাজরম্বা উপাল,
চায়নবা শান্তিগী ঈশিং ফংদ্রেদো,
ওয়নরে ঈশিং অয়াকপা য়ুতবু,
কংশিল্লকলে নংগী উপাল অসুম অসুম।

(৬৪)

# খুরুমজরি

খুরুমজরি মরুপসু য়েক্লবসু
থদৎপিগনু য়েন্নিং হুনগৎলকলিবা
চাথোকপিগনু শা-ষণ অপুম্বা
নৈহৎপিগনু অনৌবা হৌগৎলকপশিংবু।

খুরুমজরি মরুপসু য়েক্লবসু
চাবিয়ু ষননা চাবগুম্না
খাকপিরম্মু ময়োন চোংফম
চাবিগনু হমেংগুম মরুফংনা।

খুরুমজরি মরুপসু য়েক্লবসু
নুংশিবিয়ু অহল লমনবু
কায়নহনবিগনু মমা মচাবু
চান্নহনবিয়ু তোল্ল তারবশিংবু।

খুরুমজরি ময়াম পুম্নমকসু
পুনশিনবীয়ু নুংশিবগী লংলানা
কায়নহনবিনু নুংঙাইবা সংসার
চান্নহনবিয়ু লৈত-লাইর পুম্নমক।

(৬৫)

# ঐ কনানো ?- (২)

ঐ উচেকনি, লাবসু নত্তে, অমোমসু নত্তে
ইমৈদা চামোর লৈ, ইকোক্তা লুহুপ
ঐ কনানো ?

ঐ ঈশিং থকপগা শি,
ঐ কনানো ?

ঐ কনাগসু খৎনদে, কনাগসু য়েক্লদে,
ঐবু পংফুদা ফুই, ঐনা পংকপতা কপই,
ঐ কনানো ?

ঐ খাউদা তুমিননা তুমই,
তুমনা তুমনা কোয়চৎ চৎলি
ঐ কনানো ?

ঐ নংগী পোৎনি, নংনা ঐবু শিজিন্নদে
মীনা ঐবু পংশিদা শিজিননৈ
ঐ কনানো ?

গাড়ী য়াউনা অতিয়াদা কাবা ঙমই
ঐ কনানো ?

ঐগী থোংনাউ মচা অনি পাল্লি,
অনিসিনা সংসার পুন্নমক উই
ঐ কনানো ?

খোং য়াউদ্রবসু চৎলি, চিন য়াউদ্রবসু ঙাংই
ঐ কনানো ?

অচৌবা লৌফমদা অমুনবা মরু হুল্লি,
লোইবা নাইদবা জ্ঞানগী মহৈ পাল্লি,
ঐ কনানো?

ঐগী ইকোক হন্না হন্না ককচৌ,
ঈসু থোকলোই, হন্না হন্না চোংগনি,
ঐ কনানো?

ঐ শগোলসু নত্তে, শামুসু নত্তে, ইখোং অনি পাল্লি,
নুংশিৎনা পিক থল্লি, শ্বর হোন্দে, হোল্লবদি শিরে,
ঐ কনানো?

(৬৬)

# ঈচেল

থিংলে পন কদোম চৎকনি?
চৎতবা য়াদে নমখায়বা তাবনি,
নমখায়বা ঙমদ্রে পাথবা তাবনি,
কনানা থিংগনি ঈশিং ঈচেল?

থিংগনি কয়াম কুইনা পন?
চৎকনি করম্না পাথদুনা ঈথৈদুনা,
কনানা থিংগনি চেস্থরিবা ঈচেলবু,
কনানা থিংগনি মতম-ঈচেল?

থোরকলে মতমগী ঈচেল,
তোর্বান নমখায়রগে মতাগুম।
নমখায়বা হৌরকলে নহারোল,
লৈতবদি য়াদে তোর্বান্দদি।

ঈচেলদি থৈখিবসু য়াই,
পনদি লৈতবা য়াদে
চেল্লিবনি ঈচেলসি তত্তনা,
তোর্বান অনিসি লৈবনা।

কৈদৌননি ঈচেল তোর্বনা
য়াউদবা তুরেল অদু।

(৬৭)

# অনৌবনা অরিববু পুনবা

শমবল খারি ব্রাচেৎনা
পুল্লি পায়া অনৌবনা,
অরিববু অনৌবনা পুল্লিদো
নাঙ্খোকপা ঙমদবমখৈ পুল্লি।

ব্রাৎপা য়াদে অনৌবা
লৈতবা য়াদে অরিবা,
চৎখিনী অরিবা অমুক
লাক্কনি অনৌবা ওইনা।

ওল্লি অনৌবনা অরিবা
খুৎথাংনি অরিবা অনৌবা
কেনখি মনা অরিবা
চোংলকই মনা অনৌবা।

চুরকই নোং মালেমদা
চৎখি অমুক সমুদ্রদা
লাকই অমুক নোংওইনা
মাংদে মরিক অমফাউবা।

তিনখি আত্মা পরমাত্মাদা
ঈশিং মরিক্কা সমুদ্রদা
তিনখিবগুম অমুক হন্না
পোকলকই আত্মা পরমাত্মাদগী।।

(৬৮)

# পামজদে তিনচংবা

পাল্লে হৈনৌ ফারে মপুং
ঙাইরি চাগদবগী মীনা
চানিংদে তিনজং কাইচংবা
চানিংই অথুম্বা অমুনবা।

পোক হৌরে মুল্লে মী
ঙাইরি চাগদবগী লাইনা
চানিংদে তিনজং লাইচংবা
চানিংই মশা মউ ফবা।

লংথোকই তিনজাবা হৈনৌ
চাই হাউনা অফবা হৈনৌ
লংথোকই লাইনা ফত্তবা মীসু
হায় পামজদে লৌশিনবা ঙমলোই।

লংথোকই এইডস পকপা
হুন্দোকই অঙৌবা পকপসু
তিনজাবা হৈনৌ লংথোকপগুম
অপুম অশা লংথোকপগুম।

(৬৯)

# মাংহনখ্রে

চীংনা কোয়না পলঙাকপা
চীংউনা শম্বল ওয়দুনা
চীংৱানা পায়া ওয়দুনা
খারকলি মনিপুরবু শম্বল।

শম্বল মনুংদা লৈরী
জাৎ বিজাতি কয়া
নুংঙায়না হায় হুমলি
জগোয় শারি নুংঙাইনা।

খৎনরে মপু অনি-অহুম
হায়রে ঐগী ইখ্খোলনি
নংগী নত্তে ঐগীনি
য়েন্নরসি মচেৎ মচেৎ।

শিদোকলে শম্বল অচেৎপা
থদৎলে অনৌবা পায়া
চাইখায়খ্রে ৱাচেৎ উয়ুংপুম্বা
মাংখ্রে নুংঙায় য়াইফবা।

(৭০)

# য়েন কাউনবা

য়েন কাউনরি সাহেবশিং,
য়েন অমনা হিন্দুচা কৌই,
য়েন অমনা পাকচা কৌই,
থান্নরি পৈশা অরৈ অরৈবা।

কাউনরে হিন্দুচা-পাকচা,
পাকচানা হেন্না কাউই,
হিন্দুচানা হল্লপ তৌই,
খুবাক খুরি সাহেবশিং।

হিন্দুচা লৈ ময়ায়দা লেম্না,
পাকচা কাউরি লৈ লৈদুনা,
লুমকাউ কাউই হিন্দুচানা লেম্না,
পাকচা থরো থরো ওল্লি।

দম লৈ পাকচা পিকচরবসু,
চেনদে হিন্দুচা লেংদে খোংফম,
নাকলদগী লাউরকই "হনগনু পাকচা"
অমরোমদগী লাউরকই হোৎচিল্লু হিন্দুচা।

লৈ লৈদুনা খাংই ঙমনদে,
লাকচরপ তৌই হিন্দুচানা,
লুমফু লুমফু ফুজিন্নরি,
থান্নরি ডোলর-রুবল-পাউণ্ড।

ঐনা লৈগনি পাকচা য়েন,
ঐনা লৈগনি হিন্দুচা য়েন,

হাউরনি হল্লান তৌদ্রবসু,
য়ারনি ঈ থকপা হিংনা।

মরোন মরাল তাকলে পাকচা,
ইহিং নাইহিং শারে হিন্দুচা,
পোথানৈ ঙৈহাক ঙৈহাক,
চপ চপ লেপই চপ মান্নে।

মতিন কুট কুট য়োংনৈ অয়েংবা,
হামেং মকোয় পানবশিং,
তায় পুনবা কাংবু কাংবু,
তানরি পাউ টি.ভীদা নুংঙায়না।

(৭১)

# য়েংঙমদে

খোংলে কুরুক কুরুক য়েনগুম,
শাবী শানৌশিংগী থম্মোয়দা,
য়েংবিয়ু ডাক্তর করি লায়নানো?
য়েংলে ফী য়ান্না লৌদুনা
য়েনগী লায়নানি য়েংঙমদে।

কাউনরে অমগা অমগা পাখং,
চাংয়েংনরি অমগা অমগা য়েনগুম
উনবা য়াদে অমগা অমগা য়েনগুম
চায় চৎলি শান্নে য়েংই য়েনগুম
য়েনগী হৌনশানি য়েংঙমদে।

ঙাউরে শাবী শানৌ য়েংহেদ্রে
চিক্লরে অমগা অমগা উনবগা
খোংলে থম্মোয় গৌ-গৌ হায়না
য়েংবিরে ডাক্তরনা করি লায়নানো?
হুইগী লায়নানি য়েংঙমদে।

থোরকই কেনা শাবী-শানৌ
কোয়তান তাননৈ যন্না মখোয়
চেল্লে কোয়চেল মফম খংদ
করিগী তান্নরিবনো মখোয়
যনগী লায়নানি য়েংঙমদে।

(৭২)

# ঙল্লবদি চাউ

অঙম অথৌনা ঙমই
চানিংবা অপাম্বা চাবা
করিগী চানিংলি মচানা
খুদিংমক পাঙ্গল মান্নদে
ঙল্লবদি চাউ।

অথনবা সনাবুনগী ঈশিং
খুজায়দা হৈজিনবা চনব্রা
অপিকপগী অপিকপা ৱাখল
অচৌবগী অচৌবা ৱাখল
ঙল্লবদি চাউ।

চৈ চায় লুপা মঙাগী
মীগী ফুরিৎখাউ চপলুবগী
মতিক চাবা ব্যবহার
তৌই করোড় মঙাগীদি
ঙল্লবদি চাউ।

মপাঙ্গল কনবা মৈনা
চানিংবতা চায় নিংতমনা
নমথিবা ফত্ত-হাউদি পুন্নমক
অদুবু পিজদ্রিমখৈদি চাদে
ঙল্লবদি চাউ।

চাহৈদে তুম্বা ঙমদবা পোৎ
চাহৈদে মপা মপুনা চাদবা
চাবা য়াদে মৈনা ঈশিং চাদবগুম
চারোইদবনি চাঙমদবা পোৎ
ঙল্লবদি চাউ।

(৭৩)

# ডাক্তর হিংচাবা

চাউ বিটামিন অফ-অফবা
চাউ থকউ শঙ্গোম য়েরুমগা
নশা ফগনি মীগা মীমান্নগনি
ইল্লুনু গান্ধী বিনোবাগী ৱা
হায় ডাক্তর হিংচাবনা।

চাউ বিটামিন অফ-অফবা
য়াউবনি শা-ঙাদা এ.বি.সি.
য়াম্না হাউবনি হকচাং ফবনি
ইল্লুনু অপংবনি অহলগী ৱা
হায় ডাক্তর হিংচাবনা।

চাউ বিটামিন অফ-অফবা
খায়রুনু মখোয়দু অমাং-অশেং
কান্নদবনি মখোয়দু অপংবা ৱানি
খুন্নুংগী ৱানি অরেম্বা ৱানি
হায় ডাক্তর হিংচাবনা।

চাউ বিটামিন অফ-অফবা
ঙমগনি ফুন-চৈনবা য়েক্লবগা
কনগনি নমান্নবগুম শান্ন-খোৎনবদা
লম্বা লৈরোয় শামান লেংমান্নবদা
হায় ডাক্তর হিংচাবনা।

চাউ বিটামিন অফ-অফবা
কৈনা তোকপা পোকপরা?
চাউ কৈ মুক কন্নবা
চাউ নোংশা মুক কন্নবা
হায় ডাক্তর হিংচাবনা।

(৭৪)

# ফাঁসী

ফারে শেনজাবা অচৌবা
কেশ তৌরে কোর্টতা
হুকুম পিরে ফাঁসীগী
থিরকলে ফাঁসী তৌবিনবা।

ফাঁসী তৌহনবিয়ু ঐবু
শেনজাদবা মী অমনা
থিরে কনা লৈ শেনজাদবা
অচৌবা মচা ফমনাইবা।

মিনিষ্টর নং তৌদনা
শেন চাদে হায়বদায়
ঙমলোয় ঐসু শেনচায়
থিবিয়ু শেনজাদবা অমা।

গবর্নর নং তৌদনা
শেন চাদে হায়বদায়
ঙমলোয় ঐসু শেনচায়
থিবিয়ু শেনজাদবা অমা।

ফারুরো ক্লার্ক শেনজাদবা
ঐসু শেনচায় ঙমজরোয়
ফারুরো চম্প্রাসী অমা
ঐসু শেনচায় ঙমজরোয়।

ফারুরে অঙম-অথৌগী নুপী
ঐসু শেনচায় ঙমজরোয়
ফারুরে মথং মথং
ঐসু শেনচায় ঙমজরোয়।

হুকুম থোকলে জর্জনা
থাদোকখ্রো শেনজাবা মীদু
লৈতরে ফাঁসী তৌবিনবা
ফারগনু শেনচাবা চাজরসনু।

(৭৫)

# শামুগী মপোৎ ঈরোয়দা

য়ানশিনবীরে অঙাংদা লাইরিকখাউ,
পৈরে য়ানবদা লাইরিকখাউ।
চহি মঙাগী অঙাংদুদা,
নল্লে লাইরিক খাউজাওদুনা।
শামুগী মপোৎ ঈরোয়দ।।

পৈরে অঙাং নাকন'মা,
ঐগী ইচাসিবু পৈব্রনে?
ঐনা পোকপদি পৈখিদে,
করিগী নাম্ম পৈরিবা?
শামুগী মপোৎ ঈরোয়দ।।

ইবুংঙো লাইরিক পারব্রা?
পারে ইমা, 'এ'না 'এগ'
'বি' না বোল, 'সি'না "কেট"
ফারে ইমা লোয়না ফারে
শামুগী মপোৎ ঈরোয়দ।।

ইমা ওঝানা ঐঙোন্দা,
"অ" না অপৈবা হায়দো,
'ও' না ওক হায়বদো
করিনো ইমা তাকপিয়ু
শামুগী মপোৎ ঈরোয়দ।।

ইপা ফদৎ ইমা মদৎ
খংদেদা ইমা করি হায়রিনো
ফদৎ ফদৎ মদৎ মদৎ
অকামপেৎসু য়াম্না হায়দা
শামুগী মপোৎ ঈরোয়দ।

ইমা ঙসিদী শিংজু চাসিনা
করি শিংজু চানিংই ইচানা
লাইরিক খরা শিংজু চাথোকসি
পুবা ব্বারে, য়ানবা লুমলে
শামুগী মপোৎ ঈরোয়দ।

ইমা ভীমসু ইংরেজী হৈব্রা,
অর্জুনসু ইংরেজী ঙাংব্রা,
মখোয়সু লাইরিক্তা য়াওই
হনুমানসু ইংরেজী হৈমাঙ্গে
শামুগী মপোৎ ঈরোয়দ।

(৭৬)

# থীবা

শিৎলকলে মতমগী নুংশিৎ
হৌরকলে পুক্লিং ইরাং
শাৎকাইরকলে থম্মোয় থম্বাল
থিরকলে মতমগী নুংশিৎনা।

শিৎলকলে মতমগী নুংশিৎ
থিরকলে থম্বাল খোইমুনা
লোৎলে লোৎনা থিগনি
চেন্লে চেন্না ফাগনি।

নকলে নকনা য়ৌগনি
লাপলে লাপ্না তুংইনগনি
থম্বালনা নুমিৎ নুংশিবগুম
থরোনা থাবলদা ঙাওবগুম।

নিংশিংবনা নুংশিজৈ উদ্রবসু
কাওঙমদে ৱাখল লাপ্নরবসু
থাদোক্কে পুক্লিংনা চৎখ্রবসু
মুৎলরোই চীংলোন লানখ্রবসু।

থিংবা ঙমদে নুংশিববু
থিংবা ঙমদে নুংশিৎপু
পুবগুম নুংশিৎনা মফমখুদিং
য়েনবগুম হৈনম-লৈনম মফম খুদিং।

(৭৭)

# থাদোকপা

চাকই ফজবা হকচাং,
চাকই অথিবা হকচাং,
চাকই অফবা হকচাং,
চাকই ফত্তবা হকচাং।

চাকথোকই হঙ্গোয়বা ইকায়বা,
চাকথোকই চাকহৈদবা অপুম্বা,
চাকথোকই শোকহৈদবা মফম,
চাকথোকই চাকহৈদবা শরুক।

হায়দ্রে অয়ো-অয়া হায়না,
নিংশিংদ্রে নুংশিরবা মচামশু,
হুনখ্রে তুমখুন নুংঙায়না,
থাদোকলমলে থাঙমদবা পুন্নমক।

কপ্পদায় উরগা নংনা
লাকপদায় খুদুম শিংদুনা
চৎলব্রা খুবাম হাংদোক্কুনা
সংসারগী নুংঙাইবা থাদোক্কুনা।

(৭৮)

# হা কবুই কৈওয়বা
# "ননিং নমাং হোত্রোং হো"

থারকই ঐবু য়াথং পিদুনা
থিরুচো পৃথ্বীদা অচুম অরান
কাউথোকখ্রে উবদা ফজ ফজবা
লৈথোকলে য়েংদুনা ফজ ফজবা
হা কবুই কৈওয়বা!
ননিং নমাং হোত্রোং হো?

কাউথোকখ্রে ঐন য়াথং পুম্বা
য়ুথোকখ্রে ঈশিং উতোং অহোবদা
য়াউরমদ্রে ঈশিং মরিক 'মফাও
থারকলে অমুক ঈশিং শোক্লবা
হা কবুই কৈওয়বা!
ননিং নমাং হোত্রোং হো?

য়েংলে স্বর্গদা করি পুরকই
থাদোকলে কোক্কী কোকশেৎ
তারে খোংদুনা কেশেৎ
তারে উরে ঐগী ব্রাখল
হা কবুই কৈওয়বা!
ননিং নমাং হোত্রোং হো?

থারকলে হন্না হন্না পৃথ্বীদা
পুরকউ জ্ঞান অফবা পৃথ্বীদগী
পোকলে হন্না হন্না পৃথ্বীদা
পুবা ঙমদ্রে জ্ঞান পৃথ্বীদগী
হা কবুই কৈওয়বা!
ননিং নমাং হোত্রোং হো?

(৭৯)

# কনাদগী লম লৌরুনি?

লুহোংলবদি পোকপা শোয়দ্রে
পোকলবদি শিবা শোয়দ্রে
শিরবদি সংস্কার শোয়দ্রে
শিরবদি ফুম্বা শোয়দ্রে
কনাদগী লম লৌরুনি?

কদায়দা ফুমগনি খঙনদ্রে
ফুমলে অমগী মথক্তা অমা
লম লৈশিল্লকত্রে ফুমফম
তোকপা তারিব্রা ফুমবসি
কনাদগী লম লৌরুনি?

মৈ থারগদ্রা হিন্দুগুম্না
মদুমক য়ানিংদে চৎনদে
অমুক হিংবা য়াররোয়
মুনদবা য়াদ্রে য়েক্লবদগী
কনাদগী লম লৌরুনি?

থিবা হৌরে লমচাউথোক্লবা
মুল্লসি মৈথাবা কাংবুদগী
মখোয়গীদি লম খরত' চংই
ঐখোয়গীদি লম য়াম্না চংই
কনাদগী লম লৌরুনি?

(৮০)

# হৱায় মঙ্গল

হে হৱায় মঙ্গল! নঙ করি চারিবা,
করম্না ময়োল চোংলি, করম হৌরিবা,
কনাদনো নংনা নমস্তে তৌরিবা,
করিনা শাবনো নখুৎ অনৌবা?

হায়রকই হৱায় মঙ্গলনা য়েংদুনা,
য়েংউ য়েংউ মায়কৈ মরিমক্তা,
নমস্তে নমস্তে নমস্তে নমস্তে,
চনা মরুসু নমস্তে তৌরি, উদ্রব্রা?

হঙ্গাম মরুসু হৌরকলি নমস্তে,
তৌদুনা মখুৎ অনি লোন্দুনা,
সংসারগী পোৎ খুদিংমক নমস্তে,
হায়দুনা থোরকই মায়াগী তাইবংদা।

তাকলিদো মপু অমা লৈ,
তৌরিদো নমস্তে মহে-মরোং পুন্নমক
তৌরিদো নমস্তে জীব পুন্নমক
তৌরিদো নমস্তে মীওইবা ঐখোয়সু।

(৮১)

# পিথোকপা

দান তৌ দান তৌ,
হেনগৎলক্কনি পিথোক্লগা দান তৌ,
হেগৎলক্কনি পিথোক্লগা মী মশিং,
কন্যা দান তৌর তৌরগা।

পুমথরক্কনি দান তৌদ্রবদি
হৈনৌনা দান তৌই মুল্লগা,
হৌরকই মরু অমদগী অমা,
হেনগৎলকই হৈনৌ মরু।

ফৌনা দান তৌই শিদোক্কুনা,
অদুবু ৰাৎপা নাইদে ফৌ,
থোরকই ফৌ অমদগী অমা,
হেনগৎলকই দান তৌর তৌরগা।

পিথোক্লগা হেনগৎলকই মহৈ-মশিং,
পিথোক্লগা হেনগৎলকই লৌশিং জ্ঞান,
তাকথোক্লগা হাপকৎলকই অনৌবা জ্ঞান,
শিদোক্লগা হৌগৎলকই অনৌবা অমমুক।

(৮২)

# কাউরব্রা?

চাওকো হিংচাবশা চারো চারো,
কাউগনু চারিবা অদুনা শাবনি,
শাবনি নশাদু চারিবা চিঙ্গাক্লা,
ওইহল্লে চারিবা পোৎকী মওংগুম।

য়েনগুম্না চৎলে পাখং লৈশাবী
য়েনগুম্না খোংলে মখোয়গী থম্মোয়
ওকচারে ওক ওল্লে ওককুমলে
লৌরে ওককী লমচৎ শাজৎ।

হুই চারে হুইগুম নারে
খোংলে হুইগুম অউ অউবদা
শাওরে হুইগুম অহল লমন্দা
কাওখ্রে অহল লমন্দা ব্যবহার

থিরী থবক হুইনা থিবগুম
খংদ্রে থবক মনাক্তা লৈবা
চৎখ্রে ব্রাখল য়ৌখ্রে ইংলেণ্ড
কাউখ্রে মপা মমাগী লমন।

পিনীংদ্রে হিরানমল লানথোকখ্রগা
কাউখ্রে মমা-মপা য়োকপিরম্বা
কাউখ্রে গুরু মহাকপু তম্বিরম্বা
কাউখ্রে করম্না ওইরকখি মহাক।

(৮৩)

## নোংমৈ মরু

লিংলি নোংমৈ মরু,
লৌমীনা লৌ লিংবগুম।
ফংলে পৈশা, মরুদগী,
লৌখৎলে লৌশাল লৌমীদগী।

নোংমৈ মরু হৌরে,
শিনরে গুলি চাদুনা।
কনা অমনা চারি,
নোংমৈ গুল্লি হাউনা।

কনা অমনা ডাক্তরগী,
গুল্লি চারি হাউনা।
কনা অমনা অন্দরগ্রাউন্দগী,
গুল্লি চাদুনা শিরে।

শিবগী শিবা অম্মানি,
লৌরুশি সরকারদগী গুল্লি,
নহারোলগী গুল্লি অফবা
শিব ঙম্বা অমত্তং চারগা।

(৮৪)

# নমস্তে

নমস্তে তৌজরি খুবাম
চাংজৌ অনি লোন্নদুনা
হৱায় মঙ্গল না তৌবুগুম
চনা মরুনা তৌবগুম।

থোরকলে হৈ-লৈপুম্বা
নমস্তে তৌদুনা খুবাম
চাংজৌ অনি লোন্নদুনা
হৈনৌ হৈবোং পুম্নমক।

শকখংদবা কনাদা তৌরিবনো,
পুম্নমক্না নমস্তে তৌরিবসে
থোরকই নমস্তে তৌদুনা
মীসু ষনসু শগোলসু।

থোরকলে মরুমরাং পুম্বা
নমস্তে তৌদুনা খুবাম
চাংজৌ অনি লোন্নদুনা
অমগী মথংদা অমনা।